দাদা ভগৱান প্ররুপিত

# থেংগায়নবা থিঙবিয়ু



Manipuri

কনাগুম্বা অমাগা থেংগায়নবা ওইরবদি, মদু ঐখোয়গী অজ্ঞানগী থুদম্নি ।

**Publisher** : **Mr. Ajit C. Patel**

Dada Bhagwan Vignan Foundation,

1, Varun Apartment, 37 ,Shrimali Society,

Opp. Navrangpura Police station,

Navrangpura Ahmedabad: 380009

Gujarat, India.

Tel: +91 79 3500 2100



**ভাব মমল** : ‘পরম বিনয়’ অমসুং

‘ঐ করিগুম্বা অমত্তা থঙজদে’, হায়বা ৱাখল্লোন !

**Price** : 15 Rs.

**First Edition** : June, 2021 (500 Copies)

**Printer** : Amba Multiprint, B-99, Electronics G.I.D.C,

K-6 Road, Sector-25, Gandhinagar-382044

Phone : +91 79 3500 2142

# ত্রি-মন্ত্র

নমো অরিহন্তানম

নমো সিদ্ধানম

নমো আয়রিয়ানম

নমো উবজজায়ানম

নমো লোয়ে সব্বসাহুনম

এ্যায়সো পনচা নমুক্কারো ;

সব্ব পাবপ্পনাশনো

মঙ্গলাণম  চ  সব্বেসিম ;

পঢমম হবই মঙ্গলম   ১

ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায়   ২

ওঁ  নমঃ শিবায়   ৩

জয় সৎ চিৎ আনন্দ

# ‘ দাদা ’ ভগৱান কনানো ?

ইং ১৯৫৮ গী ইঙা থাগী নুমিদাং ৱাইরমগী পুং ৬ তারমদাই মতমনি, মীয়াম্না, পীক থল্লবা সুরত শহরগী রেলৱে সেটশন প্ল্যাটর্ফম নম্বর ৩গী বেন্সতা ফমলিবা শ্রী অম্বালাল মুলজীভাই পাতেল গী মওংদা লৈরম্বা হকচাং-মন্দিরদা প্রকৃতি মওংদগী অক্রম মওংদা, চহী চা কয়াদগী ফোংদোক্লবগী ঙাইদুনা লৈরবা ‘দাদা ভগৱান’বু মপুং ফানা ফাওগৎখিরম্মী অমসুং প্রকৃতিনা শেল্লকপা অধ্যাত্মাগী খ্বাইদগী অচৌবা অঙকপা। পুং ১গী মনুংদা ব্রমহানবু উখিরমই। ‘ঐ কনানো? ভগৱান কনানো ? জগৎ কনানা শিল্লীবনো ? কর্ম করিনো ? মুক্তি করিনো? ‘অসিদসু নত্তনা জগৎকী অধ্যাত্মাগী ৱাহং কয়াগী মপুং ফারবা খোংফম লম্বী ফংখিরম্মী। মতৌ অসুম্না প্রকৃতিনা ব্রমহানদা অমত্তা ঙাইরবা(অদ্বিতীয়) ওইনা মপুং ফানা ফাওগৎখিরম্মী অমসুং মদুগী মাধ্যম(medium) ওইখি শ্রী অম্বালাল মুলজীবাই পাতেল, গুজরাত কী চরোতর ক্ষেত্রদা লৈবা ভাদরন খুঙ্গংগী পাতীদার, কন্ট্রকটর ওইনা বিজিনেশ তৌবা, মদু ওইজরবসু, ব্তিরক (রাক অমদি দৱেশ মুক্তা ওইরবা) পুরুষ !

বিজিনেশতা ধর্ম লৈগদবনি, ধর্মদা বিজিনেশ লৈরোইদবনি’, মসিগী নীতি অসি মহাক্না পুন্সিগী অরোইবা খোংফম ফাওবা হিংখি। পুন্সিদা মহাক্না মীওই কনামত্তদগী পৈশা অমত্তা লৌখিদে, তৌইগুম্বসুং মহাক্কী পৈশাদগী ভক্তা কয়াবু য়াত্রদা পুখিরমই। মহাক্না ফংগুম্না, শুপ্নতগী পুং২ গী মনুংদা অতোপ্পা মুমুকশু (মুক্তিবু ফংনিংলিবা মীওই)কয়া আত্মাজ্ঞানবু ফংহল্লমই, মহাক্কী অঙকপা সিদ্ধ তৌরবা জ্ঞান প্রয়োক্তাগী মদুবু ‘অক্রম লম্বী ’ কৌই। অক্রম হায়বদি ক্রম নত্তবা অমসুং ক্রম হায়বদি কৈরাক-কুম্না সিরি মথং-মথং কাবা অদুবুনি। অক্রম হায়বদি লিফট(Lift)কী লম্বীবুনি, শোর্ট-কত লম্বীবুনি।

মহাক মশামক্না মীয়ামদা ‘দাদা ভগৱান কনানো’ ? মশেং-নায়না ফোংদোক্লমই মদুদী, ‘অদোম্না উরিবা অসি দাদা ভগৱান নত্তে, মসিদি ‘এ.এম.পাতেলনি’। ঐদী জ্ঞানী পুরুষনি অমসুং মনুংদা ফাওগৎলিবা (প্রগত ওইরিবা) মসিনি ‘‘দাদা ভগৱান ”। দাদা ভগৱানদী লোক ১৪ গী মপুংনি। মহাক অদোমদসু লৈ, মীওই পুম্নমক্তা লৈ। অদোমদনা ফোংদোক্তানা লৈ অমসুং ‘মসিদনা’ ঐহাক্কী মনুংদনা মপুংফানা ফোংদোক্লগা লৈ। দাদা ভগৱানবু ঐহাক্লসু খুরুমজে।

# থঙহনজবা

জ্ঞানী পুরুষ মতোনলোম্না খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দাদা ভগৱানগী শ্রীমুখদগী অধ্যাত্ম অমসুং ব্যবহারজ্ঞানগা মরী লৈন্না ঙাংথোকলকপা ৱাহৈ, মদুবু রেকোট তৌদুনা খোমজিন্বা অমসুং নমথোক্তুনা  লাইরিক্কী মওংদা পুথোকচরি । তোঙান-তোঙান্বা সবজেক্টশিংগী মখক্তা থোক্লকপা সরস্বতীগী অঙকপা অদুগী খোমজিনবা মসি লাইরিক অসিদা তৌরি, অনৌবা পাবিরিবশিংগীদমক ৱরদান (বোর)মওং ওইনা খুদম ওইগনি ।

পুথোকচারিবা লোন-হন্দোচবা অসিদা ঐহাক্না মরুওইবা চেকশিন্বা অসি থমজে মদুদি পাবিরিবনা দাদাজীগী ৱাহৈবু তবিরিবগুম, অসিগুম্না ইশা ফাওবা অসি ওইশনু হায়না, মসিনা মরম ওইদুনা করিগুম্বা মফমশিংদা লোন হন্দোক্লিবগী ৱাহৈপরেং মণিপুরি বয়াকরনগী মতুং ইন্না অশোয়-অঙামশিং য়াওবা য়াই, তৌইগুম্বসুং মসিদা নুঙগী ওইবা ৱাখল্লোন অদুবু খঙবিদুনা পাবিরবদি হেন্না কান্নাবা ওইগনি ।

পুথোক্লিবা লৈরিক অসিদা জগা খুদিংদা ব্রেকেটকী মনুংদা উৎলিবা ৱাফম নত্রগা ৱাহৈ মতোনলোম্না খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দাদাশ্রীনা ঙাংথোক্লকপা ৱাহৈশিংবু থোইদোক হেন্দোক্না ময়েং শেংনা থঙনবগীদমক ইজবনি । হায়বদি মফম খরাদা অংগ্রেজি ৱাফমশিংগী মণিপুরি অর্থগী মওংদা থমজরি । দাদাশ্রী শ্রীমুখদগী থোক্লকপা গুজরত্তি ৱাহৈ মদুগা চপ মান্না ইটালিক্স তা থমজরি, মরমদি মদুগী ৱাহৈশিং অদুগী মণিপুরিদা অসিগুম্বা ৱাহৈ লৈতে, মদুগী মপুংফাবা অর্থ পীবা ঙম্বা । মসি নত্তবদা মদুগী ৱাহৈশিং অদুগী মান্নবা ৱাহৈ, অর্থগী মওংদা ব্রেকেটত পীজরি ।

জ্ঞানীগী ৱাহৈবু মণিপুরি লোন্দা চপ-মান্না হন্দোকপা ঙম্নবা হোৎনজে তৌইগুম্বসুং দাদাশ্রীগী আত্মাজ্ঞানগী অশেংবা নুঙগী ৱাখললোন, চপ-চানা চপ-মান্না মদুদি, অদোম্না গুজরত্তি লোনদা ওইনা হেন্না মমুত্তগনি । কনাগুম্বনা জ্ঞানবু থমথেংনা থঙগে হায়রবদি, জ্ঞানগী অশেংবা নুঙগী ৱাফমবু থঙগে হায়রবদি, মহাক্না মসিগীদমক গুজরত্তি লোনবু তম্মিয়ু, অসুম্না ঐহাক্না নোল্লুক্না থঙহনজরি ।

লোন হন্দোকপগা মরীলৈনবা অৱাৎপাশিংগীদমক অদোমদা ঙাকপীয়ু হায়জরি ।

We will appreciate your suggestion & grammatical mistake correction. You can give your valuable feedback  at  nlt.m@dadabhagwan.org

◆◆◆◆◆

# Editorial

'থেংগায়নবা থিঙবিয়ু' ৱাহৈ অসি থক্তা পুন্সিদা চপয়ুংনা য়োংশিল্লবদি, মহাক্কী সংসারদি ফজবা ওইগনি তৌইগুম্বসুং মোক্ষপুসু চপয়ুংনা ইমাঙমক্তদা লাক্তুনা লৈগনি ! মসি নির্বিবাধ ৱাহৈনি ।

অক্রম বিজ্ঞান্নী মতোনলোম্না খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দাদাশ্রী পীবা মসি সূত্রা অসিবু লৌদুনা মীওই কয়ানা তোর্বান লানবা ঙমলি ! পুন্সিদা নুংঙাইবা-শান্তি ওইবা অমসুং মোক্ষকী লম্বীদা খোংফম য়ান্বা ওইরে । মসিগীদমক্তা মীওই খুদিংনা মসিখক্তা খোংফম চেৎপা পান্দম লেপতুনা 'ঐনা কনাগুম্বা অমত্তগা থেংগায়নবদা লাক্লোই । মাঙদা লৈরিবা অদুনা থেংগায়নবা কন্না হোৎনরবসু তৌইগুম্নসুং ঐদি থেংগায়হল্লোই, ঙল্লিবমখৈ ।' মসিখক্ত কনাগুম্বনা পানদম লেপ্লবদি, মহাকপু মহৌশাগী মতুং ইন্না মনুংদগী থেংগায়নদনবা সুঝ ( intuition ) ফংবা ওইগনি ।

নুমিদাং অমম্বদা রুমদগী মপানদা থোক্লকপদা মাঙদা ফক্লাং লাক্লবদি ঐখোয়না করি তৌগনি ?ফক্লাংবু খোংনা কাওদুনা হায়গদ্র 'নহাক্লা মরক্তা কদায়দগী লাক্লিবনো ? হন্দোকউ, মসি ঐগী য়ুম্নি ।' মদুদদি কয়াম্না ইংনা জ্ঞান তানা খুৎনা থি-থিদুনা খোংগী মপান থোক্লকই । করিগী ? মদুদদি খঙই অনম-কনবা তৌরগদি খোংদা কোক থেঙজিন্দুনা কোক কায়গনি ।

অপীকপা লম্বীদা নিংথৌ অমনা চৎপা ওইবা অমসুং মাঙদা ষন-জাও ( কাও ) অমনা চেন্দুনা লাকপা, মদুদা নিংথৌ অদুনা ষন অদুদা অসুম্না হায়গদ্র, 'চৎথোকখ্রো, মসি ঐগী মফম্নি, ঐগী লম্বীনি । ঐবু লম্বী পীয়ু ।' মতম অদুদা ষন অদুনা করি হায়বগে, নহাক্লা নিংথৌ, মদু ওইরবদি ঐনা নিংথৌরেন ! সিদা লাকউ !' হায়বদি মদুদা অচৌবদগী অচৌবা নিংথৌনসু তপ্না মফম অদুদগী চৎথোক্কদবা অমসুং নকন্দা চৎথোকপা মথৌ তাই । করিগী ? থেংগায়নবা লৈতনবা ।

মসি অচম্বা ৱাফম অসিদগী মসিখক্তা খঙজিন্দুনা লেপকদবনি মদুদি কনাগুম্বনা ঐখোয়বু থেংগায়নবা লাক্লবদি, মদু ফক্লাংনি অমসুং ষণগুম্বনি । মরম অদুনা ঐখোয়না থেংগায়নদনবা তৌগে হায়রবদি হৈনা-শিংনা চৎথোক্কদবনি । করিগুম্বা মফম অমদা, মাঙদা থেংগায়নবা লাক্লবদি মদুবু থোকহনগনু । অসিগুম্না তৌবদগী পুন্সি খৎনবা-চৈনবা য়াওদনা চৎকনি অমসুং মোক্ষ ফংগনি ।

**- ডাঃ নীরুবেন অমিন**

# থেংগায়নবা থিঙবিয়ু

## থেংগায়নবদা লাক্কনু...

‘কনাগুম্বা অমগা থেংগায়নবদা লাক্কনু অমসুং থেংগায়নববু থোকহনগনু ।’ মসি ঐগী ৱাহৈ অসিবু কনাগুম্বনা নিংলবদি মোক্ষফাওবা য়ৌগনি । নহাক্কী ভক্তি অমসুং ঐহাক্কী ৱাহৈগী-শক্তি, থবক পুন্নমকপু পাঙথোক্কনি । মাঙদা লৈরিবা অদুগী তৈয়ারিগী মথৌ তাই । ঐহাক্কী ৱাহৈ অমথক কনাগুম্বনা ইনলবদি মহাক মোক্ষতা চৎকনি । অরে, ঐহাক্কী ৱাহৈ অমা ‘মদুগা চপ-মান্না ’পুল্লপ য়োৎশিল্লবদি মোক্ষ খুত্তা লাক্কনি অদুগুম্বনি। তৌইগুম্বসুং মদুবু ‘মদুগা চপ-মান্না’ য়োৎশিল্লু ।

ঐহাক্কী ৱাহৈ অমা নোংমগী নুমিৎ অমা ইনলবদি অঙকপা ফংনা শক্তি লৈবা ওইগনি ! মনুংদা অদুক্কী মতীক শক্তি লৈ মদুদি করিগুম্বা মখল অমগী থেংগায়নবা লাক্লবসু মদুবু থেংগায়নদবা ঙমগনি । কনাগুম্বনা খঙনা-খঙনা অরুবদা লুপতৌবগী শেমশরবদি, মথোয়গা লোইন্না থেংগায়নবগীদমক ফমদুনা লৈগদ্র ? মথোয়দি কৈদৌনুংদা মোক্ষতা চৎলোই তৌইগুম্বসুং অদোমবুসু মহাক্কা লোইন্না ফমহনদুনা থমগনি । মদুবু করম্না য়াগনি ? করিগুম্বা নহাক্কা মোক্ষতা চৎকে হায়রবদি অসিগুম্বগা লোইন্না য়াম্না হৈ-শিংবা তৌরোইদবনি । মাইগৈ পুন্নমক্তগী মাইগৈ মরিদগী চেংশিনগদবনি, নত্রগদি অদোম্না মসিগী কোকঙাওবা অসিদগী নন্থোক্কে হায়রবসু জগৎ অসিনা নন্থোংহল্লোই । মরম অদুনা অমগা-অমগা ত্রুদনা ‘সমুথলি’(ইরায়-লায়না) মপান থোকলক্কদবনি । অরে, ঐহাক্তি অসিয়ৌনা হায়রিবসিনি করিগুম্বা অদোমগী ফৈজোম তিংথংদা পনলবদি অমসুং অদোমগী মোক্ষকী গাড়ী চৎতৌবগী তৌরবদি ফৈজোম লৌথোক্লবা ফমদুনা লৈগনু ! ফৈজোম অদু থনমদুনা চেনদুনা চৎলু । অরে, মীকুপ অমা ফাওবা অৱস্থাদা(phases) ফমদুনা লৈরোইদবনি । মদু ওইরবদি অতোপ্পশিংগীদি করি ৱাবু হায়গনি ? করিগুম্বা মফমদা নহাক্কা নপশিল্লবদি হায়বদি নহাক্কা নশাগী শক্তম ফাওবা কাওরে ।

করিগুম্বা শোয়দনা নহাক্না কনাগুম্বগা থেংগায়নবদা লাক্লবদি, মদুগী সমাধান পুরকউ । সহজ( normally ) ওইনা মদুগী থেংগায়নবা অদুগী য়ৈশিন্নবগী মৈরিক হৌহনদনা থোক্লকউ ।

## ত্রাফিক্কী লোদগী থিঙঙি থেংগায়নবা

অসিগুম্না মসি লম্বী অসিদা ঐখোয়না মিৎনা-শিংনা চৎলিদনা ! মতুংদা মাঙদা লৈরিবা অদুনা ফানমক ফৎত্রবা ওইরবসু অমসুং ঐখোয়বু থেংগায়বা ওইসনু অমসুং মাঙহন-তাকহন্বা অদুনা অতোপ্পা ৱাফম অমা । তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী  মাঙহন-তাকহন্নবগী ৱাখল্লোন ওইরোইদবনি । ঐখোয়না মহাকপু মাঙহন-তাকহন্বা তৌন্নবা তৌরবদি  ঐখোয়গী অমাঙবা ওইগনি । হায়বদি থেংগায়নবা খুদিংদা অনিমক্কী অমাঙবা ওই । অদোম্না মাঙদা লৈরিবা অদুবু অৱাবা পীরবদি মদুগা লোয়ন্না অদোমবুসু অৱাবা মশা-মথন্তা ওন ধি মোমেন্ট ফংদনদি তোক্লোই ।  মদু থেংগায়নবনি, মরম অদুনা ঐনা মসিগী খুদম অসিবু পীরিবনি মদুদি লম্বী মথক্তা চৎলিবা গাড়ীশিংগী করি ধর্মনো হায়বদা থেংগায়নরবদি অদোম শিগনি, থেংগায়নবদা খুদোং-থিনিংঙাই ওই । মরম অদুনা কনাগুম্বা অমত্তগা থেংগাইনগনু । মতৌ অসুম্না ব্যবহারগী থবক-থৌরমদসু থেংগায়নগনু । অনম্বা মতমদা থেংগায়নবদা খুদোংথিনিংঙাই ওই । অমসুং থেংগায়নবা অসি য়াম্না তাঙনা থোকই, থা অমগী মনুংদা ২০০রক থোকপ্রনে ? থা অমদা কয়াম য়াম্না লাকপগে অসিগুম্না ?

**ৱাহং-হংলিবা :** করিগুম্বা মতমদা, ২-৪রক ।

**দাদাশ্রী :** হোয়, মদুমখৈ ঐখোয়না শেমদোক্কদবা । ঐনা হায়বদি, ঐখোয়না করিগীদমক শোয়হনগদৌরিবনো ? থৌদোকশিংবু শোয়হন্বা অসি ঐখোয়দা লেমদে । মসি পুম্বা অসি ত্রাফিক্কী লোগী মতুং ইন্না চৎলি, মসিদা মশাগী খঙবদগী কনাগুম্বা অমত্তনা চৎতেদনা ? তৌইগুম্বসুং মসিদদি মশাগী খঙবগা লোইন্না ! নিয়ম লৈরোইদ্র ? অহন্বগী অদুদদি করিগুম্বদফাও প্রোব্লেম লাক্তে, মদুদি কয়াম ফজবা ত্রাফিক শেমলিবনো ! হৌজিক মসিগী নিয়ম অসি অদোম্না খঙজিন্না চৎলবদি, অমুক হন্না প্রোব্লেম লাকররোই ।

হায়বদি মসি নিয়ম অসি খঙবদা অরান্বা ওইরি । নিয়ম খঙহনলিবা অদু জ্ঞান লৈবা ওইগদবনি ।

মসি ত্রাফিক্কী নীয়ম ইন্নবগীদমক অদোম্না চপ-য়ুংনা লেপ্পা ওই, মদুদা কয়াম ফজনা ইল্লি ! মদুদা অহংকার করিগী হৌগত্তবগে মদুদি মহাক্না হায়রবশু তৌইগুম্বসুং ঐখোয় অসিগুম্না তৌগনি । মরমদি ত্রাফিক্কী লোদা মহাক্না বুদ্ধিদগী অদুক্কী মতীক খঙবা ঙম্মী, মপানগী ওইবা মরমনা, মদুদি খুৎ ক্ককনি, খুদক্তা শিগনি । অসিগুম্না মসি থেংগায়নবা তৌরবদি মসিদা শিগনি হায়বদুদি খঙদে । মসিদা বুদ্ধিদগী য়ৌবা ঙমদে। মসিদি সুক্ষম পোৎনি । মসিগী মাঙহন্বা পুম্নমক মনুংদা ওই ।

## অহান্বা ওইনা পুথোকই মসিগী সুত্রা

নীপা অমনা ১৯৫১ গী চহীদা মসিগী সবদা অমথক ঐহাক্না পীখি। ঐঙোন্দা সংসার লান্থোকপা ঙমনবা লম্বী হংখি । ঐহাক্না মহাকপু ‘থেংগায়নবা থিঙবিয়ু’ হায়খি অমসুং অসিগুম্না মহাকপু খংহনদুনা শুগায়না তাকখি ।

মদুদি অসুম্না থোকখি ঐহাক্না শাস্ত্রা পারিঙৈদা, মতম অদুদা ঐঙোন্দা লাক্কুনা হায়, ‘দাদাজি, ‘ঐঙোনদা করিগুম্বা জ্ঞান অমত্তদি পীয়ু।’ মহাক ঐগীদা থবক তৌরম্মী । মতম অদুদা ঐনা মঙোনদা হায়খি, ‘নঙোন্দা করি জ্ঞান পীগনি ? নহাক্তি মালেমগী মীপুম খুদিংগা খৎনদুনা লাকই, ফুনাদুনা লাকই ।’ রেলৱেদসু মফম-মরাং খংদখৈ( ফুনদুনা) লাকই, অসুম্নদি পৈশাবু ইশিংদৌনা শিজিন্নে অমসুং রেলৱেগী নিয়মগী মতুং ইন্না থিগদবশিংদুদি থিদে অমসুং মদুগী মথক্তা খৎনৈ, মসি পুম্বা ঐনা খঙই । মদু ঐনা মঙোন্দা হায়, ‘নঙবু তাকপীদুনা করি তৌগনি, নহাক্তি মীপুম খুদিংগা থেংগায়নৈদনা ? মতম অদুদা ঐঙোন্দা হায় ‘দাদাজি, মসি জ্ঞান অদোম্না মীওই পুম্নমকপু তাকইদনা, মদুবু ঐঙোন্দা খরদি তাকপীয়ু ’। ঐহাক্না হায়, ‘নহাকপু তাকপীদুনা করি তৌগনি ? নহাক্তি গাড়ীদা নুংতিগী ফুনাদুনা, মফম-মরাং খংদখৈ লাকই ।’ সরকারদা লুপা ১০ থিবা পোৎ ওই মদু ওইরবসু পৈশা থিদনা লাকই অমসুং মীয়ামবুনা লুপা ২০গী চা

পীথকই ! অমদুনা হরাও-হরাওবা ওই । হায়বদি লুপা ১০ লেমহনবদু নত্তবদা, ওন্না-তৈনবদা লুপা ১০ হেন্না তিংবা অদুগুম্বা নোবল ( ! ) মীওই।

মহাক্না অমুক্কা হন্না হায়, 'অদোম্না ঐঙোন্দা করিগুম্বা জ্ঞান অমত্তদি তাকপীয়ু ।' ঐনা হায়, 'নহাক্তি নুংতিগী থৎনা চৈনদুনা লাকই । ঐহাক্না নুংতিগী তাবা ওই ।' 'মদু ওইরবসু কাকা, ঐবু করিগুম্বা জ্ঞান অমত্তদি পীবিয়ু ।' মহাক্না হায় । মতম অদুদা ঐহাক্না হায়, 'ৱাহৈ অমথক্তং পীগে, ইনগনি হায়রগদি ।' মদুদা হায়, 'লেংদনা ইনগনি ।' ঐহাক্না হায়, কনাগুম্বগা লোয়ন্না থেংগায়নবা লাক্কনু ।' মদুদা হায়, 'থেংগায়নবা হায়বদি করিনো ? ঐঙোন্দা থংহনবিয়ু দাদাজি ।'

ঐহাক্না হায়, 'ঐখোয়না চুন্না চৎপা ওই, মদুদা ময়াইদা য়ুম্বি মখোং লাক্লবদি ঐখোয়না নাথৈদুনা চৎকদ্র নত্রগা য়ুম্বি মখোং অদুবু থেংগায়দুনা চৎকদ্র ?' মদুদা হায়, 'নত্তে, 'থেংগায়রবদি কোক কায়গনি ।' ঐহাক্না হায়, 'মাঙদা ঈরোই লাক্লবদি নহাক্না নাথৈদুনা চৎকদ্র নত্রগা মহাকপু থেংগায়দুনা চৎকদ্র ?' মদুদা হায়, 'থেংগায়দুনা চৎলগদি ঐহাকপু ৱাইগনি। মরম অদুনা নাথৈদুনা চৎকনি ।' মতুংদা হায়, 'লিন লাক্লবদি ? অচৌবা নুং তাদুনা লৈরবদি ?' মদুদা হায়, মহাকপুসু নাথৈদুনা চৎকনি ।' ঐহাক্না হায়, 'কনানা নাথৈদুনা চৎতোয়নো ?' মদুদা হায়, 'ঐহাক্না নাথৈদুনা চৎকনি ।' ঐহাক্না হায়, 'করিগীদমক্তা ?' মদুদা হায়, 'ঐখোয়গী নুংঙাইনবগীদমক্তা । ঐখোয়না থেংগায়রবদি ঐখোয়না শোক্কনি ।' ঐহাক্না হায়, 'মসি মালেম অসিদা মীওই কয়া অমনা নুংগুম্বনি, মীওই কয়া অমনা ঈরোইগুম্বনি, কয়া অমনা ষনগুমবনি, কয়া অমনা মীওইবগুম্বনি, কয়া অমনা লিনগুম্বনি । কয়া অমনা য়ুম্বি মখোংগুম্বনি, মখল কয়াগী মীওইনি। মদুদা হৌজিক নহাক্না থেংগায়নবদা লাক্কনু । মদুগী লম্বী অদু তৌ ।'

মদু ঈং ১৯৫১ দা থংহনখি । হৌজিক ফৌবা মহাক্না ফেল ওইদ্রি। মদুগী মতুংদা মহাক্না কনাগুম্বা অমত্তগা থেংগায়নবদা লাক্ত্রি ।মসি সেঠ মহাক্কী কাকা থোকই, মহাক্না থংখি মহাক অসি থেংগায়নবদা লাকতে । হায়বদি মদুগী সেঠ অদুনা থংনা-থংনা থেংগায়ন্নবা শেম-শাদুনা হোৎনৈ। মহাক্না শোমদগী থেংগায়ন্নবা হোৎনৈ, মতম অদুদা নাথৈদুনা থোখি । মহাক্না অশোমদগী শেম-শাদুনা থেংগায়নবা হোৎনৈ মদুদা অসুম্না নাথৈদুনা

চৎথি । থেংগায়হনদে । কনাগুম্বা অমত্তগা থেংগায়নবদা লাক্ত্রি, ১৯৫১গী মতুংদা ।

## ব্যবহারদা থোকহনগনু থেংগায়নবা অসুম্না

ঐখোয়না মসি গাড়ীদগী কুমথবগা অমসুং খুদক্তা লেবরশিংদুনা কোয়লাও লাও, 'হে...সিদা লাকউ, সিদা লাকউ !' অহানবদা মীওই ২-৪ চেনদুনা লাকই । 'চৎলো, পুরোনে ।' পোৎ থংগৎতুনা পুরক্লবা মতুংদা মনুংদগী মপান থোক্লক্লবা মতুংদা য়ানি-য়ারোই য়েৎনবা, 'স্টেশন মাস্তরবু কৌগে, অসুক য়াম্না পৈশা লৌব্রনে ? নহাক্না অসুম তৌই, মদুম তৌই...'হে অপঙ, মসিদা মাঙদা থেংগায়নগনু । মহাক্না লুপা ২৫ হায়রবদি ঐখোয়না মহাকপু য়ানিংনবা হায়গদবনি, 'ভাই, তশেংনমকদি লুপা ১০ ওই, তৌইগুম্বসুং নহাক্না ২০ সি লৌরো, চৎলো' । ঐখোয়না খঙই য়াররোই হায়বদি মহাকপু প্লস-মাইনস পীদুনা লোইশিনগদবা । মদুদা থেংগায়নবা তৌরোয়দবনি । নত্রগদি মহাক্না য়াম্না শাউরগদি, য়ুমদগী শাউদুনা লাকপা ওই, স্টেশনদা থৎন-চৈনবা তৌরবদি অপং মসিদি ঈরোইগুম্বনি, হৌজিক থাংনা থিনলবদি । ৩৩ %তা মীওইবা ওইবা, ৩২%তা  ঈরোই ওই !

কনাগুম্বা মীওই অমা ঙাংবা লাক্লবদি, শব্দ বোম মরুদৌনা লাকপা ওই, মতম অদুদা ঐখোয়না খঙগদবদি থেংগায়নবা তৌরোইদবনি। ঐখোয়গী পুক্নিংদা থজিংফাও শোকপা ওইদে, মদু ওইজরবসু করিগুম্বা খঙহৌদনা শোকপা ওইরগদি, মতম অদুদা ঐখোয়না খঙগনি মাঙদা লৈরিবা অদুগী পুক্নিংদা শোকপা অদু ঐখোয়গী মথক্তা তারি ; হায়বদি ঐখোয়না হনদোকখিগদবা । মসি পুম্বা অসি থেংগায়নবনি । মসি মথং-মথং থংলগদি মদুগা চপ মান্ন থেংগায়নবসু লৈররোই । থেংগায়নবা লৈত্রবদি মোক্ষ ওই ।

মসি জগৎ অসি থেংগায়নবনি, সপন্দন (ৱাইব্রেশন) মওংনি । মরম অদুনা থেংগায়নবা তোকউ । থেংগায়নবদগী মসি জগৎ অসি ওইরিবনি । মদুবু ভগৱান্না লমন-থুম্বদগী ওইরিবনি, অসিগুম্না ফোংদোক্লি। মীপুম খুদিং, অরে, জিব খুদিং লমনশিংবা অসি থম্মী । য়াম্না হেন্না থোক্লবদি লামন-শিংবা থমদনদি লৈরোই । মদু লিন ওইরবসু, ব্রীশীক,

ষন ওইরবসু নত্রগা ঈরোই ওইরবসু, অমবু ওইরবসু তৌইগুম্বসুং লমন-শিংবদি থম্মী । মরমদি পুন্নমক্তা আত্মা লৈ । আত্মা শক্তি পুন্নমক্তা চপ-মান্নে । মরমদি *পুডগল* গী অশোন্বনা মরম ওইদুনা থাংবা ওইরি । তৌইগুম্বসুং থাংবগা লোয়ন্না মহাক্কা লমন-শিংবা থমদনদি তোক্লোই অমসুং মথংগী মপোক্তা মহাক্কা মহাক্কী লামন-থুম্বা অদু পাঙথোকই মতুংদা !

কনাগুম্বা মীওই অমনা য়াম্না ঙাংলবদি মহাক্কী ৱাঙাংদগী ঐখোয়না থেংগায়নবা তৌরোয়দবনি মদু ধর্মনি । হোয়, ৱাঙাংদী অমবু ওইরবসু-অমবু ওইরবসু । মদুগী ৱাঙাং অদুনা অসিগুম্বা শারত তৌব্রা মদুদি 'থেংগায়ন্বা তৌগনি ' । মসিদি অয়ুক ফাওবা থেংগায়ন্বা তৌবা ঙম্বা অদুগুম্বা মীওইশিংনি অমসুং ঐখোয়না মরম ওইদুনা মাঙদা লৈরিবা অদুবু খুৎথিংজিন্বা ওইহন্বা অদুগুম্না ঙাংবা অসি খ্বাইদগী অচৌবা মরালনি । মদুগী ওন্নবদা অদুগুম্না ঙাংগদবা ওইরবদি মদুবু ঙাংলোয়দবা, মদুগী মমিং মীওইবা ।

## থাংবা ? নত্তে, সোল্যুশন পুৱকউ

**ৱাহং-হংলিবা** : দাদা, থেংগায়নবা থিঙবিয়ু অদোম্না হায়রিবসি, হায়বদি থাংবা অসিগুম্না অর্থ ওইদনা ?

**দাদাশ্রী** : থেংগায়নবা থিঙবিয়ু হায়বদি থাংবা নত্তে । থাংবা তৌরগদি কয়াম্না তৌগনি ? থাংবা অমসুং 'সপ্রীগ' নমথবা, অনি অসি চপ মান্নে । 'সপ্রীগ' নমথদুনা থমবা অসি নুমিৎ কয়াম কুইনা লৈগনি ? মরম অদুনা থাংবা অসি তমলোয়দবনি, সোল্যুশন তৌবা তম্মু । অজ্ঞান দশাদদি থাংবা থক্তা ওই । মতুংদা নোংমগী নুমিৎতা 'সপ্রীগ' পাইথোক্লুনা পুন্নমক পুমচায়-চায়, তৌইগুম্বসুং মহৌশা নিয়মদি অসিগুম্ননি ।

জগৎকী অসিগম্বা নিয়ম নত্তে মদুদি কনাগুম্বা অমগী মরম্না ঐখোয়না থাংগদবা নত্তে । অতোপ্পাগী নিমিত্তগী করিগুম্বা থাংবা ওইরিবসি, মদু ঐখোয়গী হিসাবকী মরম্ননি । তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না খঙদে মদুদি মসি করম্বা হিসাবকীনো অমসুং করম্বা পোৎনো, হায়বদি ঐখোয়না অসিগুম্না খঙই মদুদি মহাক্না অনৌবা পোৎ পীবা হৌরে । অনৌবা কনামত্তা পীদে, পীথিবশিং অদু অমুক হন্না লাকই । ঐখোয়গী 'জ্ঞান' অসিদা থাংবা হায়বা

অসি লৈতে । জ্ঞানদগী থিজিনগদবা মদুদি মাঙদা লৈরিবা অসি 'অশেংবা আত্মানি' নি । ঙসি লাক্লিবা অসি, ঐগী কর্মগী মতুং ইন্না লাক্লিবনি, মাঙদা লৈরিবা অদুদি নিমিত্তনি । মতুংদা ঐখোয়গী মসি 'জ্ঞান' ইতসেল্ফ পজলবু সোলপ তৌদুনা পী ।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুগী অর্থদি অসুম্না ওইরে মদুদি পুক্লিংদা সমধান তৌগদবনি মদুদি মসি পোৎ অসি লৈবনা, মতুংদা অমুক-হন্না লাক্লিবনি?

**দাদাশ্রী :** মহাক মশামক 'অশেংবা আত্মানি' নি অমসুং মসিনা মহাক্কী প্রকৃতিনি । প্রকৃতিনা মসি মহৈ অসি পীরি । ঐখোয় 'অশেংবা আত্মানি', মহাকসু 'অশেংবা আত্মানি । হৌজিক অনিমক ময়োকনদুনা হিসাব পুন্নমক শিংদোকনৈ । মদুদা মসি প্রকৃতিগী কর্মনা শাফোংলকপা, মদুদা অমদুনা করিগুম্বা খরা পী । মরম অদুনা ঐখোয়না হায়রিদনা মসি ঐখোয়গী কর্মগী মহৈনি অমসুং মাঙদা লৈরিবা অদুনা নিমিত্তনি । মহাক্না শিংদোক্লবদি হায়বদি ঐখোয়গী হিসাব লৈত্রে । মসি 'সোল্যুশন' লৈরবদি, মদুগী মতুংদা থাংবা লৈত্রেদনা !

অসিগুম্বা শুগায়না তাক্রবদি থাংবদগী করি লাক্কনি ? নোংমা মদুগী 'সপ্রীগ' পাইথোক্কনি । 'সপ্রীগ' পাইথোকপা নহাক্না উরব্রা ? ঐহাক্কীসু 'সপ্রীগ' য়াম্না পাইথোক্লম্মি । নুমিৎ কয়া অমা ঐহাক্না থাংবা ওই অমসুং মতুংদা নোংমদি পাইথোক্কই  মদুনা পুন্নমকপু পুমচায় চায়হল্লি । মসি পুম্বা অজ্ঞান দশাগী, ঐহাক্না মদুবু নিংশিংই । মদু ঐগী লক্ষতা লৈ ।মরম অদুনা ঐহাক্না থংহল্লিবসিনিনে মদুদি থাংবা তমগনু । মদু অজ্ঞান দশাদা তৌবা ওই । ঐখোয়গী অসিদদি শুগায়না থংহনগদবা মদুদি মসিগী করি পরিনাম, করি মরমদগীনো, হিসাবতা মওং-মরিন চুম্না য়েংগদবা । করিগুম্বা পোৎ অমত্তা হিসাব য়াওদবা ওইদে ।

# থেংগায়বা, ঐখোয়গী অরান্বদগী

মসি মালেম অসিদা করিগুম্বা থেংগায়নবা ওইরিবসি অসি অদোমগী অরানবনি, মাঙদা লৈরিবা অদুগী অরান্বা নত্তে । মাঙদা লৈরিবা অদুদি থেংগায়গনি । 'অদোম্না করিগী থেংগায়রিবনো ?' মদুদা হায়, মাঙদা লৈরিবা অদুনা থেংজিন্বদগীনি ।' মদু ওইরবদি অদোম মিৎ-তাংবা অমসুং মহাকসু মিৎতাংবা ওইরে ।

**ৱাহং-হংলিবা** : থেংগায়নবদা থেংগায়নবা তৌরবদি করি ওইগনি?

**দাদাশ্রী** : কোক কায়গনি ! মদু ওইরগদি থেংগায়নবা তৌরগদি হায়বদি ঐখোয়না করি খঙগদবগে ?

**ৱাহং-হংলিবা** : ঐখোয়গী অরান্বনি ।

**দাদাশ্রী** : হোয়, অমসুং মদুবু খুদক্তা একসেপ্ট তৌগদবা । থেংগায়নবা ওইবা হায়বদি ঐখোয়না খঙগদবা মদুদি 'ঐহাক্না করম্না ঙাংবদগীনো মসিগী থেংগায়নবা অসি থোক্লিবা !' ইশাগী অরান্বা ঊই হায়বদি উপাই লাক্লগনি, মতুংদা পজল সোলপ ওইরে । নত্রগদি ঐখোয়না মতম অদুফাও 'মাঙদা লৈরিবা অদুগী মরালনি' অসুম্না থিরিবমখৈ মসি পজল অসি কৈদৌনুংদা সোলপ তৌরোই । 'ইশাগী অরান্বনি' অসিগুম্না লৌরগদি মতম অদুদা মসি জগৎ অসিদগী এন্ড লাক্কনি, অতোপ্পা উপাই লৈতে । অতোপ্পা উপাইশিংদি চয়েৎনবা ঙাক্তনি অমসুং উপাইশিং তৌবা অসি, মদু ঐখোয়গী মনুঙগী লোৎপা অহংকারনি । উপাই করিগীদমক্তা থিরিবনো ? মাঙদা লৈবা অদুনা অশোইবা পুথোক্লবদি, মদুদা ঐখোয়না অসুম্না হায়গদবনি 'ঐহাক্তি হান্নদগী খোয়বনি '।

বুদ্ধিনা সংসারদা থেংগায়নহনদুনা চৈনা পীরি । অরে, নুপী অমগী তাদুনা চৎলবদি খুদি থিজিন্বা ওই, থেংগায়নবা ওই, মদু ওইরবদি মসিদি বুদ্ধি ইবেম্মা ! মহাক্কী তারবদি কদায়দগী কদায়ফাওবা লঙথোক্লক্কনি ! অরে, নুমিদাংদা পুং ২ তাবা মতমদা হৌগৎহন্দুনা বুদ্ধি ইবেম্মা অরান্বা

উহল্লী । লোয়নবিদি মতম খরা থক্ত ওইনা লৈমিনৈ, তৌইগুম্বসুং বুদ্ধি ইবেস্মাদি লেপ্পা লৈতনা লোয়না-লোয়ন্না লৈমিন্নে । মদুগী বুদ্ধি অদুদি 'ডীথ্রোন' (লঙথোকপা) ঙম্বা অদুগুম্বনি ।

করিগুম্বা অদোম্না মোক্ষতা চৎকে হায়রবদি বুদ্ধিগী খজিক্তংফাও তারোইদবনি । বুদ্ধিদি অসিগুম্বনি জ্ঞানী পুরুষবুসু অরান্বা উহল্লী । অরে, মহাক থক্তগী নহাক্না মোক্ষ ফংবা ঙম্বা অদুগুম্বনি, মহাক্কী অশোইবা য়েংবা? মসিনা অদোমগী মোক্ষ অদোমদগী মপোক কয়া অমা লাপথোকখিগনি !

থেংগায়নবা অসি ঐখোয়গী অজ্ঞান্নি । কনাগুম্বা অমাগা থেংগায়রবদি, মদু ঐখোয়গী অজ্ঞানগী খুদম্নি । ভগৱান অচুম্বা-অরান্বা য়েংদে । ভগৱানদি অসিগুম্না য়েংঙি, 'মহাক্না ঙমলিবমখৈ ঙাংজরবসু, তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা থেংগায়বদি য়াওদেদনা ? মতম অদুদা হায়, 'য়াওদে'। 'বস, ঐহাক্না মসি থক্তা পাম্মী ।' হায়বদি অচুম্বা-অরান্বা ভগৱানগী মফমদা লৈতে । মসিদি মীয়ামশিংগী মফমদা লৈরি । ভগৱানগী মফমদদি দ্বন্দ লৈতেনে !

## থেংগায়রিবা পুম্নমক ফক্লাংশিং

ফকলাংগা থেংগায়নরবদি ফক্লাংগী মরাল্লা নত্রগা ঐখোয়গী মরাল্লা? ফক্লাংগা লোয়ন্না ঐখোয়না অচুম-অরান থিরবদি মদুদি 'হনদোকউ, হনদোকউ' মদু ওইরবদি ? অমসুং ঐখোয়না হায়রবদি 'ঐনা মসি লৈদুনা চৎকনি'। মদু ওইরবদি ? কনাগী মকোক কায়গনি ?

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়গী ।

**দাদাশ্রী :** হায়বদি কনানা চেকশিনবা মথৌ তাই ? মদুদা ফক্লাংবু করিগী ? মদুদা কনাগী মরাল ? শোক্লিবা অদুগী মরাল । হায়বদি জগৎ ফক্লাংগুম্বনি ।

ফকলাংবু থেংগায়রবদি ফক্লাংগা লোয়ন্না মোৎ-মান্নাদবা থোকপ্রা? করিগুম্বা মতমদা ফক্লাং নত্রগা থোংনা অদোমদা থেংগায়বা য়াওব্রা, মদুগী

মতম অদুদা থোংগা লোয়ন্না নত্রগা ফক্লাং লোয়ন্না মোৎ-মান্নাদবা থোকপ্রা?

**ৰাহং-হংলিবা :** থোংদি থৰায় পানদবা পোৎনিদনা !

**দাদাশ্রী :** হায়বদি থৰায় পানবনা মরম ওইদুনা অদোম্না অসুম্না থল্লি মদুদি মহাক্না ঐগা লোয়ন্না থেংগায়রি, মসি মালেম অসিদা থেংগায়রিবশিংসি মদু পুম্বা থৰায় পানদবা পোৎ ওই । থেংগায়রিবা অদু অহিংবা নত্তে । অহিংবদি থেংগায়রোই, থৰায় পানদবা পোৎ থেংগায়। মরম অদুনা অদোম্না ফক্লাংগুম্না খুদক্তা খঙগদবা হায়বদি খুৎথিংজিল্লোয়দবা। অসুম্না মতম খরাগী মতুংদা হায়রগদি, 'চৎশিলাও, চা পুথোরকউ' ।

হৌজিক অঙাং অমনা নুংনা থোম্বা অমসুং ঈ-থোক্লবদি, হায়বদি অঙাং অদুগী মথক্তা করি তৌগনি ? শাউগদ্রা । অমসুং অদোম্না চৎপা মতমদা, মতাং অদুদা চীং মথক্তগী নুং অমা তারক্লবদি । মদুনা শোক্তুনা ঈ-থোক্লবদি মতুংদা করি তৌবগে ? শাউব্রা ? শাউদে । মদুগী মরম করিগীনো ? মদুগী নুং অদুদি চীং মথক্তগী তারকপনি ! মতুংদা মদুগী অঙাং অদুনা নুংঙাইতবা ফাওরি মদুদি ঐঙোন্দগী মসি করম্না ওইখ্রিবনো। অমসুং মসি চীং অসিদগী তারকলি, মদুনা কনানা তৌরিবা ?

মরম অদুনা মসি জগৎ অসিবু খঙজিল্লু । ঐগী নাক্ত লাক্লবদি চিন্তা তৌরোয় মদুগুম্না অদোমবু ওইহনগনি । অমসুং সংসারদা ফজনা লৈয়ু অমসুং ৰাইফকা লোয়ন্না কোইয়ু ঈংনা-তপ্না ! অমসুং নুপামচাশিং-নুপীমচাশিংবু লুহোংবিয়ু ঈংনা-তপ্না ! মতুংদা ৰাইফ হরাওগনি, 'হায়গনি! কয়াম্না জ্ঞানতাবা ওইহল্লবা, ঐগী ইপুরোয়ববু !' হায়রি ।

হৌজিক ৰাইফকা কনাগুম্বা য়ুম থংনবা নুপী অমাগা খৎনা-চৈনবা থোক্লবদি অমসুং মহাক্কী ল্ৱায় লেমফু অদু শাবা ওইরবদি অমসুং ঐখোয়না মপানদগী লাকপা ওইরবদি মদুগী শাবদুনা ঙাংবা ওইরবদি, মদুদা ঐখোয়না করি তৌগনি ? ঐখোয়সু শাউগদ্রা ? অসিগুম্বা সনয়োগশিং ওইরি, মদুদা এডজস্ট ওইদুনা ঐখোয়না চৎকদবা । ঙসি করম্বা সনজোক্ত শারিবনো, কনাগা লোয়ন্না শাবা ওইরিবনো, করি খঙবগে ? হায়বদি ঐখোয়না

পুরুষ ওইরে, মোৎ-খেন্নবা অসি ওইহল্লোয়দবনি । মহাক্লা মোৎ-খেন্নবা তৌরবসু য়ানবা তৌগদবা । মোৎ-খেন্নবা হায়বদি থেংগায়নবা !

## সাইন্স, খঙগদবা

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়না খৎনা-চৈনবা তৌনিংদবা তৌইগুম্বসুং মাঙদা লাক্কুনা খৎনরবদি করি তৌগনি ?

**দাদাশ্রী :** মসি ফক্লাং অসিগা খৎনরবদি , মদু ওইরবদি কয়াম কুইনা খৎনবা ঙমগনি ? মসি ফক্লাং অসিগা নোংমা কোক-থেংগায়রবদি, মদুদা ঐখোয়না মহাক্কা লোয়ন্না করি তৌগনি ? কোক-থেংগায়রে হায়বদি ঐখোয়না ফক্লাংগা লোয়ন্না খৎনবা থোক্লে মরম অদুনা ঐখোয়না ফক্লাং অদুবু হনজিন-হনজিন ফুগদ্রা ? অসিগুম্না য়াম্না খৎনা-চৈনবা তৌরবদি মদু পুন্নমক ফক্লাং ঙক্তানি ! মদুদা মাঙদা লৈরিবা অদুবু করিগী য়েংগদৌরিবা ? ঐখোয়না ইশা ইতোমতা খঙজিনগদবা মদুদি মসি পুম্বা ফক্লাং ঙক্তানি । মতুংদা করিগুম্বা অৱাবা লৈত্রে ।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়না মৌন(ৱা-ঙাংদনা) লৈরবদি মাঙদা লৈরিবা অদুদা ওন্না-তৈন্না ফাওই মদুদি ঐখোয়গী মরাল থক্তনি, অমসুং মহাক্লা হেন্না খৎনবা তৌই ।

**দাদাশ্রী :** মসিদি ঐখোয়না থাজবনি মদুদি ঐ মৌন ওইরে, মদুদগী অসিগুম্না ওইরি । নুমিদাংদা মী অমনা হৌগত্তুনা বাথরুমদা চৎপদা অমমবদা ফক্লাংগা লোয়ন্না থেংগায়রে, মদুদা ঐখোয়না মৌন লৈবদগী মদুনা মরম ওইদুনা মহাক্লা থেংগায়রিব্রা ?

মৌন লৈবা নত্রগা ঙাংবা মহাকপু ফাওদে, করিগুম্বা অমত্তসু মরী লৈনদে । ঐখোয়না মৌন লৈবদগী মাঙদা লৈরিবা অদুবু ফাওবা ওই অসিগুম্না করিসু ওইবা নত্তে নত্রগা ঐখোয়না ঙাংবদগী ফাওবা ওই অসিগুম্নসু করিসু ওইবা নত্তে । 'ওনলি সাইন্টিফিক সরকমস্টেনশিয়ল এবিডেন্স' (বিজ্ঞানগী ওইবা সনয়োগশিংনা পুনবদগী)নি । কনাগুম্বা অমত্তগী শক্তি অসি থক্তফাও লৈতে । অসি থক্তফাও শক্তি লৈতবা জগৎ, মদুদা কনানা করিবু তৌগনি ? মসি ফক্লাং অসিনা শক্তি লৈরমলবদি

মহাক্কসু শক্তি লৈরমগনি ! ঐখোয়না মসি ফল্লাং অসিবু চৈবগী শক্তি লৈব্রা? অসিগুম্না মাঙদা লৈরিবা অদুগীসুনি । অমসুং মহাক্কী নিমিত্তগী থেংগায়গদৌবা, মদুদি লেম্না থারোয় । কানদবদা লাও-খোংদুনা তৌবগী করি অর্থ? মহাক্কী মখুত্তা শক্তি লৈতে মদুদা ! মরম অদুনা অদোম্না ফল্লাংগুম্না ওইরোনে ! অদোম্না লোয়নবিবু চৈ-চৈদুনা তৌরবদি মদু ওইরবদি মহাক্কী মনুংদা ভগৱান ফমলিদনা, মহাক্কা ইশিল্লি মদুদি মহাক্কা ঐবু চৈরি ! অমসুং অদোমদা মহাক্কা চৈবা ওইরদি অদোম্না ফল্লাংগুম্না ওইরো, মদু ওইরবদি অদোমগী মনুংদা ফমলিবা ভগৱান্না অদোমবু 'হেল্প' তৌগনি ।

মরম অদুনা অরানবা ঐখোয়গী ওইরবা মতম অদু থক্তদা ফল্লাংনা থেংগায় । মদুদা ফল্লাংগী অরানবা নত্তে । মতম অদুদা ঐঙোনদা মীয়াম্না হায়, 'মোয় ময়াম অসি পুম্নমক ফল্লাংগুম্বরা ? মতম অদুদা ঐহাক্কা হায় মদুদি, 'হোয়, মীয়াম পুম্নমকপুসু ফল্লাংগুম্বনি ।' মদু ঐহাক্কা য়েংদুনা হায়রিবনি । মসি হায়জিন্নবা নত্তে ।

কনাগুম্বা অমগা মোৎ-খেন্নবা থম্বা অমসুং ফল্লাংগা লোয়ন্না থেংগায়নবা, মসি অনি অসি চপ-মান্নবা পোৎনি । মসি অনি অসিদা খেন্নবা লৈতে । মসি ফল্লাং অসিগা থেংগায়রিবসি, মদু উদবদগী থেংগায়রিবনি অমসুং মদুগী মোৎ-খেন্নবা অদুসু উদবদগী মোৎ-খেন্নরিবনি। মমাঙগী মহাক্কা উদে । মমাঙগী মহাক্কা সোল্যুশন উদে মরম অদুনা মোৎ-খেন্নবা থমলিবনি । মসি অশাউবা-নপল-মায়া-মীহৌবা পুম্নমক তৌরিবা অসি উদবদগী তৌরিবনি ! মদু অসুম্না ৱাফমদুবু খঙবা মথৌ তাইনেকো ? চৈথেং ফংলিবা অদুগী মরালনি, ফল্লাংগী মরাল ওইব্রা? মদুম্না মসি জগৎ অসিদা পুম্নমক ফল্লাংগুম্বা ঙক্তানি । ফল্লাং থেংগায়রে হায়বদি ঐখোয়না মহাক্কা লোয়ন্না অচুম-চুমদা অদুদি তৌদেদনা ? মদুদি 'মসি ঐগী অসিনা চুম্বনি' অসিগুম্না খৎন্নাবগীদমক্তা প্রোব্লেমদি তৌদেদনা? অসিগুম্না মসি হৌজিক ফল্লাংগী স্থিতিদা লৈ । মহাক্কা লোয়ন্না অচুম-অরান তৌবগী মথৌ তাদে ।

থেংগায়রিবা পুম্নমক অসিদা, মদুদা ঐখোয়না খঙগদবনি মদু পুম্বা ফল্লাং ঙক্তানি । মতুংদা 'থোং কদায়দা লৈ' মদুবু থিরবদি অমমবদসু

থোং ফংগনি । অসুম্না খুৎ হায়-হায়দুনা চৎলবদি থোং ফঙগদ্রা ফঙলোয়দ্রা? অমসুং মদুদগী নন্থোকখিগদবনি । থেংগায়রোই হায়বা অদুগুম্বা নিয়ম ইনগদবনি মদুদি ‘ঐখোয়না কনাগুম্বা অমত্তগী থেংগায়নবদা লাকলোই ।’

## অসিগুম্না পুন্সি হিংগদবনি

মসি নত্তনদি, মসিদি হিংবা হৈতবনি । লুহোংবসু হৈখিদে, মদুসু হৈতা-হৈতা লুহোংখি ! মপা ওইবসু হৈতে, অসুম হেক্ত করিসু তৌদনা মপা ওইখ্রে । হৌজিক অঙাংশিংনা হরাওনবা অদুগুম্বা পুন্সি হিংগদবনি । অয়ুক্তা পুন্নমক্লা পান্দম লেপকদবনি মদুদি, ‘ভাই, ঙসি কনাগুম্বা অমত্তগী মাঙদা লাকপা থেংগায়নবদা লাকলোই, অদুগুম্না ঐখোয়না ৱাখল থল্লু ।’ থেংগায়নবদগী কান্নবা ফংব্রা মদু ঐঙোন্দা ঊৎলু । করি কান্নবা ফংবগে?

**ৱাহং-হংলিবা :** অৱাবা ওই ।

**দাদাশ্রী :** অৱাবা ওইবদা নত্তনা, মসি থেংগায়নবদগী হৌজিক অৱাবা ওইরি, তৌইগুম্বসুং নুমিৎতুমা পুঙমাঙ মাঙঙি অমসুং লাক্কদৌবা মপোক্তা মীওই মপোক-পোক্কদবা অদু মাঙঙি । মীওই মপোক্তি করম কানদা লৈগনি অফবা অমসুং পুকচেল-চাওবা লৈরবদি মীওই মপোক লৈগনি । তৌইগুম্বসুং শা-ঙাগুম্না তৌরবদি, মীওই অমবু হন্না-হন্না অৱাবা ওইহন্বা, মচীদুনা ৱায়-ৱায়দুনা, মদুগী মতুংদা মদুদা মীওই মপোক অমুক হন্না লাক্কদ্রা ? ষনশিং-ইরোইশিং মচী থিনব্রা নত্রগা মীওইবনা থিনব্রা ?

**ৱাহং-হংলিবা :** মীওইবনা হেন্না থিল্লি ।

**দাদাশ্রী :** মীওইবনা ফুরবদি মতুংদা মহাক্লা শা-ষনগী মপোক্তা পোকই । হায়বদি মদুদদি মখোং ২গী মহুৎতা মখোং ৪ অমসুং মদুগী মথক্তা মমৈ ফংগনি ! মদুদবু ইচম-চমব্রা ? মদুদা অৱাবা লৈতব্রা ? অদুক্কী মতীক অৱাবনি । খরা থঙবদি মথৌ তাই, অসুম্না করম্না চৎকনি?

# থেংগায়নবা, মদু অজ্ঞান্নি ঐখোয়গী

**ৱাহং-হংলিবা :** পুন্সিদা সৱভাব অমত্তা মান্নাদে, মদুনা মরম ওইদুনা থেংগায়নবা থোক্লিদনা ?

**দাদাশ্রী :** থেংগায়নবা থোক্লি, মদুগী মমিং সংসারনি ।

**ৱাহং-হংলিবা :** থেংগায়নবা থোক্লিবগী মরম করিনো ?

**দাদাশ্রী :** অজ্ঞান্ননি । কনাগুম্বা অমগা লোয়ন্না মোৎ-খেন্নাবা লৈরিবমখৈ, মদু অদোমগী অশোনবগী খুদম্নি । মীয়াম অরান্বা নত্তে । মোৎ-খেন্নাবদা অশোইবা অদোমগীনি । মীয়ামগী অরানবা লৈতে । মহাক্না খঙনা-খঙনা তৌবা ওইরগসু, ঐখোয়না মদুদা লাল্লে হায়গদবা মদুদি, 'ভাই, ঐহাক্না মসিবু খঙদে ।' মসি নত্তনদি, মীয়াম্না অশোয়বদি তৌদে, মীয়ামদি মোৎ-খেন্নাবা থমগদবা অদুগুম্বা নত্তে । থেংগায়রিবা থোক্লিবা, মদুদি ঐখোয়গী অরানবনি ।

**ৱাহং-হংলিবা :** থেংগায়নবা তৌদনবা তৌরবসু য়ুম্বি মরক্তা লেপ্লবদি, মদু ওইরবদি ঐখোয়না নাকনদা লৈদুনা চৎথোক্তুনা, তৌইগুম্বসুং য়ুম্বি অদুনা ঐখোয়গী মথক্তা তারক্লবদি মদু ওইরবদি মদুদা করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** তারক্লবদি হনদোক্কদবা ।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঙমলিবা মখৈ হনদোক্কদবা মদু ওইরবসু য়ুম্বি অদুনা ঐখোয়বু থাংগায়দনদি তোক্তে । খুদম ওইনা হায়রবদা, ঐহাক্কী লোয়নবিনা থেংগায় ।

**দাদাশ্রী :** থেংগায়রবদি মতম অদুদা ঐখোয়না করি তৌগনি, মদু থিদোক্কদবনি ।

**ৱাহং-হংলিবা :** মাঙদা লৈরিবা অদুনা ঐখোয়গী ইকায়বা পীরবদি অমসুং ঐখোয়না ইকায়বা ফাওরবদি, মদুগী মরম ঐখোয়গী অহংকার রা?

**দাদাশ্রী :** তশেংনমক্কী মাঙদা লৈরিবা অদুনা ইকায়বা পীরিবসি, মদু ঐখোয়গী অহংকারবু তুমহল্লিবনি অমসুং মদুসু 'দ্রামেটিক' অহংকার, এক্সেস অহংকার লৈবশিংদু তুমহল্লি, মদুদা করিবু কায়বগে ? মসি র্কমশিং অসিনা নানখোকপা ঙমহন্দে । ঐখোয়না অঙাং অপীকপা ওইজরবসু মাঙদা লৈরবদি হায়গনি, হৌজিক ঐহাকপু নাম্থোকহল্লো ।

## তুংশিল্লু পুন্নমক সমুদ্রগুম্না পুক্তা

**ৱাহং-হংলিবা :** দাদা, ব্যবহারগী ৱয়ু পোইন্টগী থেংগায়নবদা, অচৌবনা মচাগী অরানববু থি, মচানা মদুদগী হেন্না পীকপা অদুগী অরানববু থি, মসি করিগীনো ?

**দাদাশ্রী :** মসিদি অসিগুম্বনি অচৌবনা মচাবু চাথোকই । অচৌবনা মচাগী অরানববু পুথোকই । মদুগী মহুত্তা ঐখোয়না হায়রবদি ঐহাক্কী অরানবনি । অরানবা অদু কোক্তা লৌরবদি মদুগী সোল্যুশন লাকই । ঐহাক্না করি তৌবগে ? অতোপ্পা অদুনা খাংবা ঙমদ্রবদি, মদু ওইরবদি ঐহাক্না ঐহাক্কী কোক্তা লৌই, অতোপ্পগী অরানবা অদু পুথোক্তে । মদু করিদমক্কী অতোপ্পবু পীগদৌরিবা ? ঐখোয়গীদদি সমুদ্রগুম্বা পুকনি ! য়েংউনে, মসি মুম্বৈগী গটরশিংগী ঈশিং সমুদ্রানা তুংশিল্লিদনা ? মদুগুম্না ঐখোয়না মদুবু থক্কদবনি । মদুদগী করি ওইগনি মসি অঙাংশিংগী মথক্তা, পুন্নমক্কী মথক্তা পুকচেল-চাওবা অমসুং চীং-লেম্বা অদু ফাওগনি । মহাকসু তমগনি । অঙাংশিংনসু খঙগনি মদুদি মহাক্কী মবুক অসি সমুদ্রগুম্বনি ! লাক্লিবা পুন্নমক মদুমখৈ তুংশিলহৌরো । ব্যবহারগী নিয়ম লৈ মদুদি ইকায়বা পীরিবা অদুনা মশাগী শক্তি ঐখোয়দা খুৎশীন্নদুনা চৎলি । মদুনা হরাও-হরাওনা নোক্তুনা ইকায়ববু লৌগদবনি !

## 'অচুম-অরানগী মওং' , মদুদা হিসাব ইশাগী

**ৱাহং-হংলিবা :** থেংগায়নবা থিঙন্বগী, '*সমভাব* (equanimity) কা লোয়ন্না *নিকাল* (লোয়শিনবা)' তৌন্নাবগী ঐখোয়গী ৱ্রউত্তি ওই, মদু ওইরবসু মাঙদা লৈরিবা অদুনা ঐখোয়বু শাউনিংগদবা তৌরবদি, ইকায়বা পীরবদি মদুদা ঐখোয়না করি তৌগনি ?

**দাদাশ্রী :** করিসু তৌরোই । মদু ঐখোয়গী হিসাবনি । ঐখোয়না মদুবু '*সমভাব* গা লোয়ন্না *নিকাল* ' তৌগনি অসিগুম্না লেংদনা লেপকদবনি। ঐখোয়না ঐখোয়গী নিয়মদা লৈগদবনি অমসুং ঐখোয় ইশানা ইশাগী পজল সোল্ব তৌগদবনি ।

**ব্রাহং-হংলিবা :** মসি থেংগায়নবা ওইরিবা অসি, মসি 'ব্যবস্থিত'না মরম ওইদুনরা?

**দাদাশ্রী :** হোয়, থেংগায়নরিবা অসি 'ব্যবস্থিত'না মরম ওইদুননি তৌইগুম্বসুং মদু করম কানদা হায়গদগে হায়বদা ? থেংগায়নরবা মতুংদা। 'ঐখোয়না থেংগায়নবা শুংতৌ তৌরোয়' অসিগুম্বা ঐখোয়গী লেংদবা পানদম অসি ওই । মাঙদা য়ুম্বি ঊই হায়বদি ঐখোয়না থঙই য়ুম্বি লৈ, নথৈদুনা চৎপা মথৌ তাই, থেংগায়নবদি তৌরোই । তৌইগুম্বসুং মসি লেপ্লবসু থেংগায়নবা তৌরবদি মদুদা ঐখোয়না হায়গদবনি, 'ব্যবস্থিত নি।' হান্নদগী 'ব্যবস্থিত' থনদুনা চৎলবদি মদু ওইরবদি 'ব্যবস্থিত'পু লাননা শিজিন্নবা কৌই ।

# ত্কনবদগী মাঙই শক্তিশিং

আত্মশক্তি পুন্নমক করিগুম্বা মাঙবা ওইরবদি মদু ত্কবদগীনি । খজিংতঙফাও য়ৈথায়নরবদি মদু ওইরবদি পুংলোয়-লোয়রে ! মাঙদা লৈরিবা অদুনা থেংগায়রবদি ঐখোয়না সয়মগা লোয়ন্না লৈগদবনি । থেংগায়নবদি থোকহনলোয়দবনি । মতুংদা মসি হকচাং অসি থাদোক্লমদায় ওইরবসু, তৌইগুম্বসুং থেংগায়নবদা লাকলোয়দবনি । ত্কবা অসি থক্তা তৌদ্রবদি মীওইবা মোক্ষতা চৎলি । কনাগুম্বনা থঙলে মদুদি ঐহাক্লা ত্কনবদা লাকলোয় মদু ওইরবদি মহাক্লা মতুংদা গুরু নত্রগা কনাগুম্বগী দরকার ওইদ্রে । মপোক অমা-অনিদা শোয়দনা মোক্ষতা চৎকনি । 'ত্কনবদা লাকলোয়' অসিগুম্না মহাক্কী শ্রাদ্ধদা ফমথ্রবদি অমসুং লেপ্লবদি, মদু ওইরবদি মতম অদুদগী সমকিত ওইরে ! হায়বদি করিগুম্বা কনাগুম্বনা সমকিত ওইগে হায়রবদি ঐহাক্লা গেরেন্টি পীরি মদুদি চৎলো, ত্কররোয় হায়দুনা লেপ্পা মদু মতমদগী সমকিত ওইরগনি । হকচাংগী থেংগায়নবা ওইরবদি অমসুং শোকপা ওইরবদি হিদাক তৌরবদি ফবা ওই তৌইগুম্বসুং

ত্ক্লবা অমসুং য়েথায়নবদগী পুক্লিংদা দাক চুরবদি, বুদ্ধিগী দাক লৈরবদি, মদুবু কনানা লৌথোক্কনি ? মপোক লিশিং অমা ওইরবসু কোক্তে ।

**ৱাহং-হংলিবা :** ত্ক্লবা অমসুং য়েথায়নবদগী পুক্লিং অমসুং বুদ্ধিগী মথক্তা শোকপা ওইব্রা ?

**দাদাশ্রী :** অরে ! পুক্লিংগী মথক্তা, বুদ্ধিগী মথক্তদা নত্তনা, অন্তঃকরণ মথক্তা শোকপা ওই অমসুং মদুগী effect হকচাংদসু তায় । মরমদুনা ত্ক্লবদি অদুক্কী মতীক প্রোব্লেম ওই !

**ৱাহং-হংলিবা :** অদোম্না হায়রি, ত্ক্লবদগী শক্তিশিং পুন্নমক মাঙই, মদু ওইরবদি জাগৃতিদগী শক্তি অমুক হন্না চিংশিল্লক্কদ্রা ?

**দাদাশ্রী :** শক্তিশিং চিংশিল্লকপগী মতৌ তাদে । শক্তিশিংদি লৈ । হৌজিক শক্তি ফাওগৎলক্লি । মমাঙদা ত্ক্লবা তৌথিবশিং অদু অমাঙবা ওইথি, মদু অমুক হন্না লাকই । তৌইগুম্বসুং হৌজিক অনৌবা ত্ক্লবা মরু হুল্লবদি মদু ওইরবদি শক্তি মাঙই, লাক্লিবা শক্তি অদুসু মাঙই অমসুং মশানা ত্ক্লদনবা তৌরবদি শক্তি ফাওগৎতুনা লৈগনি !

মসি জগৎ অসিদা লমন-খুমবদগী ত্ক্লবা ওইরি । সংসারগী মপুং ওইবা মরু লমন-খুমবনি । কনাগুম্বনা লমন খুমবা অমসুং ত্ক্লবা, অনি অসি লৈত্রবদি মহাক্কী মোক্ষ ওইরে ! নুংশি-চান্নবা অথিংবা নত্তে, লমন খুমবা লৈত্রবদি নুংশি-চান্নবা ফাওগৎতুনা লৈগনি ।

## কোমনসেন্স, এবরীৱহের এপ্লিকেবল

ব্যবহার শুদ্ধ(শেংনবা) করি দরকার ওইবগে ? 'কোমনসেন্স' ক্মপলীট দরকার ওই, লেংদবা-লুথানা থন্বা দরকার ওই । ব্যবহারদা 'কোমনসেন্স' কী দরকার ওই । 'কোমনসেন্স' হায়বদি 'এবরীৱহের এপ্লিকেবল' । মশাগী অশেংবা মশক্কী জ্ঞানগা লোয়ন্না 'কোমনসেন্স' লৈরবদি মদুদি য়াম্না ফজে ।

**ৰাহং-হংলিবা :** 'কোমনসেন্স' করম তৌনা ফাওগৎকনি ?

**দাদাশ্রী :** কনাগুম্বনা ঐখোয়বু থেংগায়রবদি তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না কনাগুম্বা অমত্তবু থেংগায়দ্রবদি, অসিগুম্না লৈরবদি 'কোমনসেন্স' ফাওগৎকনি । তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না কনাগুম্বা অমত্তবু থেংগায়রোয়দবনি, নত্রগদি 'কোমনসেন্স' লৈরোই । ঐখোয়রোমদগী ত্ক্লবা অসি তৌরোয়দবনি।

মাঙদা লৈরিবা অদুগী ত্ক্লবদগী ঐখোয়দা 'কোমনসেন্স' ফাওগৎপা ওই । মসি আত্মাগী শক্তি অসি অসিগুম্বনি থেংগায়নবা মতমদা করম্না মায়োক্লগনি, মদুগী উপায় পুন্নমক তাকই অমসুং অমুক্তং তাক্লবগী মতুংদা মদুগী জ্ঞান অদু মাঙদে । অসিগুম্না তৌ-তৌদুনা 'কোমনসেন্স' হেনগৎলি। ঐদি কনাগুম্বা অমত্তগা থেংগায়নবা তৌদে । ঐহাক্কী 'কোমনসেন্স' অদুক্কী মতীক লৈ মরম অদুনা অদোম্না করি হায়বা পামলিবনো মদু খুদক্তা খঙবা ঙম্মী । মীয়াম্নদি অসিগুম্না মাল্লী মদুদি দাদাগী অমাঙবা তৌরি তৌইগুম্বসুং ঐহাক্লা খুদক্তা খঙই মদুদি মসি অমাঙবা অসি অমাঙবা নত্তে । সংসারগী অমাঙবশু নত্তে অমসুং ধর্মগী অমাঙবসু নত্তে অমসুং আত্মাগা মরী লৈনবদা অমাঙবা লৈতে । মীয়াম্না অসুম্না মাল্লী আত্মাগী অমাঙবা তৌরি, তৌইগুম্বসুং ঐহাক্লা মদুদা কান্নবা ওইনা ঊই । অসিগুম্বনি মসি 'কোমনসেন্স'কী মতীক-মগুণ । মদুদগী ঐহাক্লা 'কোমনসেন্স'গী অর্থ ইরি মদুদি 'এবরীৱহের এপ্লিকেবল ।' হৌজিক্কী জেনরেশনদা 'কোমনসেন্স'গুম্বা পোৎ অমত্তা লৈতে । জেনরেশন টু জেনরেশন 'কোমনসেন্স' অসি হন্থরক্লি।

ঐখোয়গী (আত্মা) বিজ্ঞান ফংলবা মতুংদা মীওইবনা অসিগুম্না লৈবা ঙমগনি । নত্রগা মীচম প্রজা মরক্তা কনাগুম্বা মীওই অমনা অসিগুম্না লৈবা ঙম্মী, অসিগুম্বা পুনয়া ওইবা মীওই লৈ ! তৌইগুম্বসুং মহাক্তি মফম অমা থক্তদা লৈবা ঙম্মী, অনমবা ৱাফমদদি ঙমদে ।

**ৰাহং-হংলিবা :** ত্ক্লবা পুন্নমক্কী মরমদুদি মসিনি মদুদি 'লেয়র' অমদগী অতোপ্পা 'লেয়র'গী খেন্নবা য়াম্না ওইবনা ?

**দাদাশ্রী :** ত্রুবা অসি প্রগতিনি । মরৈ য়েৎনরিবমখৈ, ত্রুবা ওই, মদুগা চপ-মান্না মথক্তা কাবগী লম্বী ফঙঙি । ত্রুবা তৌদ্রবদি হান্নগী মফম অদুদা অদুম লৈগনি । মরমদুনা মীয়াম্না ত্রুববু থিরি ।

## থেংগায়নবদগী প্রগতিগী লম্বীদা

**ৱাহং-হংলিবা :** ত্রুবা প্রগতিগীদমক্তরা, অসুম তৌদুনা থিরবদি প্রগতি ওইব্রা ?

**দাদাশ্রী :** তৌইগুম্বসুং মদুবু খঙঙগদি থিদে ! ভগৱান মথক্তা পুখৎপিবা নত্তে, ত্রুবদগী মথক্তা পুখৎলি । ত্রুবদগী করিগুম্বা অক্কনবা মফম অদুফাও কাখৎপা ঙম্মী, মতুংদা জ্ঞানী ফংলবদি থবক ওই । ত্রুবদি মহৌশাগী ওইনা তৌই । তুরেলদা নুংশিং অমগা-অমগা তকনা-তকনদুনা মতুম-তাবগুম ওইবগুম্না ।

**ৱাহং-হংলিবা :** ত্রুবা অমসুং য়ৈখায়নবগী মরক্তা খেন্নবা করিনো?

**দাদাশ্রী :** থৱায় পানদবা পুম্নমক থেংগায়নরি, অদুবু ত্রুবা কৌই অমসুং থৱায় পানবা থেংগায়নবা কানদা য়ৈখায়নবা ওই ।

**ৱাহং-হংলিবা :** য়ৈখায়নবদগী আত্মা শক্তি মাঙলিদনা ?

**দাদাশ্রী :** হোয়, অচুম্বা ৱাফম্নি । য়ৈখায়নবা তৌবা অদুদি প্রোব্লেম ওইদে, 'ঐখোয়না য়ৈখায়নবা তৌগনি' মদুগী ভাব অদু লৌথোক্কদনি ঐহাক্না হায়রি । 'ঐখোয়না' য়ৈখায়ন্নাবা ভাব লৈত্রবদি, মতুংদা তৌজসনু 'চন্দুলাল' য়ৈখায়নবা । ঐখোয়গী ভাবদগী মরু হুন্বা অদুম্না তৌরোয়দবনি।

## ত্রুবা তৌহল্লী, প্রকৃতি

**ৱাহং-হংলিবা :** ত্রুবা অসি কনানা তৌহল্লিবনো, জড় ( *পুদগল/* থৱায় পানদবা) নত্রগা চেতন (আত্মা) ?

**দাদাশ্রী :** মমাঙগী ত্‌ক্লবনা ত্‌ক্লবা তৌহল্লি । জড় নত্রগা চেতনগী মসিদা ৱাহং লৈতে । আত্মা মসিদা খুৎ থিঙজনদে । মসি ত্‌ক্লবা পুন্নমক *পুদগল* না তৌহল্লি । তৌইগুম্বসুং মমাঙগী ত্‌ক্লবনা মদুনা অমুক হন্না ত্‌ক্লবা তৌহল্লি । কনাগুম্বনা মমাঙগী ত্‌ক্লবা লোয়খ্রবশিংদুদি, মঙোন্দগী অমুক হন্না ত্‌ক্লবা থোক্লরোই । নত্রগদি ত্‌ক্লবনা মদুগী মথক্তা ত্‌ক্লবা, মদুগী মথক্তা ত্‌ক্লবা অসিগুম্না হেনগৎতুনদা লৈগনি ।

*পুদগল* হায়বদি করিনো হায়বদা মসি মপুংওইনা জড় নত্তে, মসি মিশ্রা চেতননি । মসিবু বিভাবিক *পুদগল* কৌই । বিভাবিক হায়বদি বিশেষ ভাবগা লোয়ন্না মহৈ পীরিবা *পুদগল*, মদুনা পুন্নমক তৌহল্লি । অশেংবা *পুদগল* , মদুদি অসিগুম্না তৌহনদে । মসি *পুদগল* অসিদি মিশ্রা চেতন ওইরি । আত্মাগী বিশেষ ভাব অমসুং জড়গী বিশেষ ভাব, অনি অসি পুনদুনা অহুমসুবা মওং শেম্মী; প্রকৃতি মওং শেম্মী, মসি পুন্নমক ত্‌ক্লবনা তৌহল্লি ।

**ৱাহং-হংলিবা :** ত্‌ক্লবা তৌদ্রবদি, মদু অশেংবা অহিংসাগী ভাব পোকপা ওই হায়না লৌগদ্রা ?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, অদুগুম্না করিসু নত্তে । তৌইগুম্বসুং মসি দাদা মনাক্তগী খঙলি মদুদি মসি ফক্লাংগা লোয়ন্না ত্‌ক্লবদগী মসিগৈ কান্নে, মদু ওইরবদি ভগৱানগা লোয়ন্না ত্‌ক্লবদা কয়াম কান্নবগে ? মসিখক্তং খুদোংথিনিংঙাই খঙলবদি ঐখোয়গী অহোংবা ওইগনি ।

অহিংসাদি মপুংফানা খঙবা ঙমবা ওইদে অমসুং মপুংফানা খঙবা অদুদি য়াম্না লুবা ওই । মদুগী মহুৎতা অসিগুম্না পায়রবদি মদুদি 'ত্‌ক্লবদা কৈদৌনুংদা লাক্লোয় ।' হায়বদি মতুংদা করি তৌবগে হায়বদা শক্তিশিং তুংশিনদুনা লৈগনি অমসুং নোংমা-নোংমগী হেনগৎতুনা লৈগনি । মতুংদা ত্‌ক্লবদগী ওইবা অমাঙবা ওইররোই ! করিগুম্বদা ত্‌ক্লবা তৌরবদি ত্‌ক্লবগী মতুংদা ঐখোয়না প্রতিক্রমন তৌরবদি মদু মাঙগনি । মরম অদুনা মসি খঙগদবনি মসিদা তক্লরবদি, মদু ওইরবদি মদুদা প্রতিক্রমন তৌবা মথৌ তাই । নত্রগদি য়াম্না খুদোং-থিনিংঙাইনি । মসি জ্ঞানদগী মোক্ষতি চৎকনি, তৌইগুম্বসুং ত্‌ক্লবদগী মোক্ষ চৎপদা অথিংবা য়াম্না লাকই অমসুং অথেংবা ওই ।

মসি ফল্লাং অসিগী মরমদা চুমদবা ৱাখল্লোন লাল্লবদি মদু অমাঙবা ওইদে, মরমদি নাকন অমগী ওইনা অমাঙবা ওই । করিগুম্বা অহিংবা অমগী মরমদা চুমদবা ৱাখল্লোন লাল্লবদি মদু খুদোং-থিনিংঙাইনি । নাকন অনিগী অমাঙবা ওই । তৌইগুম্বসুং মদুগী ঐখোয়না প্রতিক্রমন তৌরবদি অরানবশিং অদু কোক্কনি । মরমদুনা মফম-মফম খুদিংদা তক্লবা তৌরিবা, অদুদা প্রতিক্রমন তৌরবদি হায়বদি তক্লবা অদু মাঙগনি ।

## সমাধান, স্ময়ক্ জ্ঞানদগী

**ৱাহং-হংলিবা :** দাদা, মসি অহংকারগী ৱাফম অসি য়ুমদসু অনম্বা খুদম ওই, সন্সথাদসু খুদম ওই, দাদাগী থবক তৌবদা, মদুদসু করিগুম্বা অহংকার মরক্তা থেংগায়নবা ওই, মদুদসু খুদম ওই । মদুদসু সমাধানদি দরকার ওইদ্রনে ?

**দাদাশ্রী :** হোয়, সমাধানদি দরকার ওইনে ! ঐখোয়গী মসিদদি জ্ঞান-ওইবা সমাধান তৌই, তৌইগুম্বসুং জ্ঞান লৈত্রগদি করি সমাধান লৌগনি ? মদুদা মতুংদা তোঙান তাবা ওই, মহাক্কা লোয়ন্না পুক্কিং তোঙান তাবা ওই । ঐখোয়গী অসিদদি তোঙান তাদে ।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং দাদা, থেংগায়নবদি তৌরোয়দবনি ?

**দাদাশ্রী :** থেংগায়রিবা অসি, মসিদি সৱভাবনি । মদুদা অসিগুম্বা 'পোৎ' পীকথন্না পুদুনা লাকলি মরমদুনা মদুগুম্না তৌরিবনি । করিগুম্বা অসিগুম্বা 'পোৎ'পুরক্লমদ্রগদি অসিগুম্না তৌরোই । মরমদুনা ঐখোয়না খঙগদবনি ভাইগী অসিগুম্বা হৈনবিনি । মদুগুম্না ঐখোয়না খঙগদবা । হায়বদি মতুংদা ঐখোয়দা ফাওবা ওইদে । মরমদি হৈনবি, হৈনবা ওইবদুগী অমসুং 'ঐখোয়' ঐখোয়গী ওইবদুগী (অশেংবা আত্মা) ! অমসুং মতুংদা মদুগী *নিকাল* তৌই । অদোম্না য়ুংদুনা লৈরবদি মতম অদুদা প্রোব্লেম ওই। মসি নত্তনদি, থেংগায়নবদি থোকই । থেংগায়নবা থোক্তবা ওইথোক্তে! মদু থেংগায়নবদগী অমনা অমগা লোয়ন্না তোঙান তারোয়দবা অসিখক্তা

য়েংগদবা । মসিদি মতৈ-মনাওদসু থোকই । তৌইগুম্বসুং মখোয়না অমুক হন্না অমত্তা ওইনা লৈমিন্নরিসিনিনে ? মদুদি থোকই । মদুদা কনাগুম্বা অমগী মথক্তা করিগুম্বা প্রেশর পীবা নত্তে মদুদি অদোম্না থেংগায়নগনু ।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং দাদা, থেংগায়নরোয় হায়বা ভাব লেপ্পা লৈতনা লৈগদবনিদনা ?

**দাদাশ্রী :** হোয়, লৈগদবনি । মদুনি তৌগদবা ! মদুগী প্র্তিক্রমন তৌগদবা অমসুং মদুগী মথক্তা ভাব থমগদবনি ! অমুক হন্না তৌরবদি অমুক হন্না প্র্তিক্রমন তৌগদবা । মরমদি মরোল অমা চৎলবা মতুংদা, অনিসুবা মরোল চৎপা ওই । অসিগুম্না মরোল নায়বনিদনা ? ঐহাক্তি থেংগায়নবা থোকপা মতম অদুদা নোট তৌশিল্লি মদুদি, ঙসিদি অফবা জ্ঞান ফঙলি ! থেংগায়ন্বদা তুশিনদে, জাগৃত ওইনা লৈ ! মদু আত্মাগী বিতমিননি । মরমদুনা থেংগায়নবদা প্রোব্লেম ওইদে । থেংগায়রবা মতুংদা অমগা-অমগা তোঙান তারোইদবনি মদু পুরুষার্থ নি । ঐখোয়গী পুক্নিংদা মাঙদা লৈরিবা অদুদগী তোঙান তাবা ওইরবদি প্রতিক্রমন তৌদুনা পুম্নমক য়ানবা চৎকদবনি । ঐহাক্না মখোয় ময়াম অসিগা লোয়ন্না করম তৌনা য়ানবা চৎলমগনি ? অদোমগা লোয়ন্না মোৎ-চান্নব্রা নত্রগা চান্নদব্রা ? অসিগুম্বনি, ৱাহৈদগী থেংগায়নবা থোকই । ঐগীদি ঙাংগদবা অদুক্কী মতিক ওই, মদু ওইজরবসু থেংগায়নবা থোক্তেদনা !

থেংগায়নবদি থোকই । থেংগায়নবদি মসি কোনশিং মখোল থোকই থোক্তব্রনে ? *পুদগল* গী সৱভাবনি থেংগায়নবা অসি । তৌইগুম্বসুং ‘পোৎ’ পুদুনা লাক্লবদি, পুদুনা লাকত্রবদি থোকলোয় । ঐহাক্কী থেংগায়নবা থোকলম্মী । তৌইগুম্বসুং জ্ঞান ফঙলবা মতুংদা থেংগায়নবা থোক্তে । মরমদি ঐহাক্কী জ্ঞানদি অনুভাব জ্ঞান্নি অমসুং ঐহাক্না মসি জ্ঞানদগী *নিকাল* তৌ-তৌদুনা লাক্লিবনি অমসুং অদোমগীনা *নিকাল* তৌগদবা ৱাৎলি।

## অরানবশিং চমথোক্কনি, প্রতিক্রমনদগী

কনাগুম্বগী থেংগায়নবদা লাক্লবদি হায়বদি মতুংদা অরানবশিং অদু ঊবা ঙম্মী অমসুং থেংগায়নবা তৌদ্রবদি অরানবশিংদু থুপচিনদুনা লৈ । নুঙতিগী ৫০০-৫০০ ঊবা ঙমলবদি হায়বদি খঙঊ মদুদি মোক্ষ নকশিন্না লাক্লে ।

মরমদুনা মসি লৈরিবা মফম অদুদা থেংগায়নবা থিঙবিয়ু । মসি থেংগায়নবশিং তৌদুনা মসি মপোক অসিবু মাঙহল্লি, তৌইগুম্বসুং মথংগী মপোকপু মাঙহল্লি ! কনাগুম্বনা মসি মপোক অসিবু মাঙহল্লিবসি, মহাক্না মথং মপোকসু মাঙহনলোয়দনদি তোক্লোয় । মসি মপোক অসিবু ফগৎলবদি, মহাক্কী মথং মপোকসু ফগৎকনি । মসি মপোক অসিদা ঐখোয়না করিগুম্বা মথলগী প্রোব্লেম লাকত্রবদি মদু ওইরবদি খঙলো মথংগী মপোকসু প্রোব্লেম লৈতে অমসুং মসিদা প্রোব্লেম ওইহল্লবদি পুম্নমক মদুদা লাক্কনি ।

## মপোক অহুমগী গেরেন্টী

থেংগায়নবা তৌদ্রবদি, মহাক্না মপোক অহুমদা মোক্ষ ওই মদুগী ঐহাক্না গেরেন্টী পীগে । থেংগায়নবা তৌরবদি প্রতিক্রমন তৌগদবা । থেংগায়নবা অসি *পুদগল* গীনি অমসুং *পুদগল, পুদগল* গী থেংগায়নবা অসি প্রতিক্রমন দগী মাঙহনবা ঙম্মী ।

মাঙদা লৈরিবা অদুনা পুরিনরবদি, ঐখোয়না য়েনথোক্লগদবা, মদু ওইরবদি বেলেন্স লৈত্রেদনা । মাঙদা লৈরিবা মীওই অদুগী ৱাখল থল্লবদি, 'মহাক্না ঐঙোন্দা অসুন্না হায়, মদুন্না হায়' মদু মরালনি । মসি লম্বীদা চৎপা মতমদা ফক্লাংগা থেংগায়রবদি মহাকপু করিগী ঙাংদ্রিবনো ? ঊপানবিবু জড় কৈদৌবগী হায়রিনো ? থেংগায়রিবা পুম্নমক অসি অশঙবা ঊ ঙাক্তনি ! ষনগী খোং ঐখোয়গী মথক্তা নেৎলবদি ঐখোয়না মদুদা

করি হায়বগে ? অসিগুম্না মসি মীয়ামগীসুনি । 'জ্ঞানী পুরুষ' মীয়ামবু করম্না ঙকপীরিবনো ? মহাক্না খঙঙি, মখোয়শিং অসিনা খঙজদে, ঊ-পানবিগুম্বনি । অমসুং খঙবশিং অদুদি হায়বগী মথৌ তাদে, মহাক্তি মনুংদা খুদক্তা প্রতিক্রমন তৌই ।

## আশক্তি ওইবদুদা 'রিএকশন' ওই

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং অনমবা মতমদা ঐখোয়না দুৱেস তৌদনবা তৌরবসু দুৱেস(নুংশিনদবা) হেক্তা ওই, মদুগী মরম করিনো?

**দাদাশ্রী :** কনাগা লোয়ন্নানো ?

**ৱাহং-হংলিবা :** ইপুরোইবগা লোয়ন্না অসিগুম্না থোক্লবদি ?

**দাদাশ্রী :** মদু দুৱেস কৌদে । অনম্বা মতমদা আশক্তিগী নুংশিন্বা অসি, রিএকশনরী ওই । মরমদুনা করিগুম্বা অমনা শাউরবদি মদুদা মহাক্না অমুক হন্না ওন্ননা চংলি । ওন্ননা চংপা হায়বদি মতুংদা মতম থরগী ওইনা লাপ্না লৈরবগী মতুংদা অমুক হন্না নুংশিনবা হেনগৎলকপা । অমসুং মতুংদা নুংশিবনা য়ুরবদি হায়বদি থেংগায়নবা ওই । মদুগী মরম্না মতুংদা অমুক হন্না নুংশিবা হেনগৎলি । নুংশিবা হেন্না হেন্বা মফম অদুদা খৎনবা ওই । করিগুম্বা মফম অদুদা খৎনবা চংথরবা ওইরবদি, মদুদা মনুংদা মখোয়গী নুংশিনবনি । মসিগী নিংশিনবা অসি লৈরবদি খৎনবা ওই । মমাঙ মপোক্কী নুংশিনবা ওইরবদি খৎনবা ওই । দরকার ওইবদগী হেন্না হেনবা নুংশিনবনি । নত্রগদি খৎনবা থোক্লোইদনা ? মসি খৎনবগী মওং অসিনি ।

মসি মীয়াম্না করি হায়বগে ? 'থেংগায়নবদগী ঐখোয়গী নুংশিনবা ওই ।' মসিদা ৱাফম অসি অচুম্বনি । তৌইগুম্বসুং মদুগী আশক্তি থেংগায়নবদগী থোক্লিবনি । থেংগায়নবা তোইনা থোক্রুবদি মদুদা আশক্তি লৈরোয় । করিগুম্বা য়ুমদুদা নুপীগা-নুপাগা থেংগায়নবা তোইনা থোক্রুবদি

মদুদা আশক্তি য়ামদনা লৈ অসিগুম্না থঙউ । থঙবা ঙমবা ৱাফমনিদনা?

**ৱাহং-হংলিবা :** সংসার ব্যবহারদা করিগুম্বা মতমদা অহম(ইগো) লৈরিবা, মসিনা মরম ওইদুনা মৈজাওবী য়াম্না হৌরি ।

**দাদাশ্রী :** মদুগী অহম্ অদুনা মৈজাওবী হৌবা নত্তে । উরিবদুনা অহম গী মৈজাওবী তৌইগুম্বসুং 'বিষয়'(sex)গী মখা পোনদুনা হৌরিবনি। বিষয় লৈত্রবদি মসিসু লৈরোয় । বিষয় লৈত্রবা মতমদা, মতুংদা মসিগী ইতিহাস পুম্নমক লৈররোয় । অর্থদি করিগুম্বা চহী অমগী ব্রহ্মচর্য ব্রত লৌরগা লৈরবদি, মঙোনদা ঐহাক্না হংঙি মদুদা হায়, 'মৈজাওবী অমত্তফাও হৌদে, খৎনদে, য়েথায়নদে, করিসু তৌদে, স্টেন্ড সটীল !' ঐহাক্না হংই মতুংদা, ঐহাক্না থঙই মদুদি অসিগুম্না ওই । হায়বদি মদু বিষয়না মরম ওইদুনা থোকই ।

**ৱাহং-হংলিবা :** অহানবদদি ঐহাক্না অসুম্না খনলম্মী মদুদি মসি য়ুমগী থবক থৌরমগী মরমদগী থেংগায়নবা থোক্লিবনি । মদুদা য়ুমগী থবক্তা হেল্প তৌরগসু থেংগায়নবদি থোক্কুনা লৈ ।

**দাদাশ্রী :** মদু পুম্নমক থেংগায়নবা থোক্কনি । মসি বিষয় লৈরিবমখৈ, সমবন্দ (লৌনা-লৈন্বা) লৈরিবা মখৈ, মতম অদুফাও থেংগায়নবা থোক্কনি । থেংগায়নবগী মরুদি মসিনি । কনাগুম্বনা বিষয়দগী মায়-পাক্লবদি, মহাকপু কনাগুম্বনা মায়থিহন্বা ঙমলোয়, কনাগুম্বনা মহাক্কী মমিং ফাওবা পনদে । মহাক্কী মতীক-মগুণ ঐখোয়দা ফাওবা ওই ।

## থেংগায়নবশিং, অচৌবদগী য়াম্না কুপ্না ফাওবা

**ৱাহং-হংলিবা :** অদোমগী ৱাহৈ মদুদি 'থেংগায়নবা থিঙবিয়ু', 'মসি ৱাহৈ অসিগী আরাধন তৌরবদি মোক্ষ ফাওবা য়ৌবা ঙমগনি । মসিদা

অচৌবা (মপানগী) থেংগায়নবা থিঙবিয়ু, মতুংদা ত্প্লা ত্প্লা, কাখৎ-কাখৎতুনা অকুপ্পা (মনুঙগী) থেংগায়নবা, খরা হেন্না কুপ্পা (অনীসুবা মনুঙগী) থেংগায়নবা থিঙবিয়ু', মসি করন্না ? মদুবু খঙহনবিয়ু।

**দাদাশ্রী :** মহাকপু সুঝ ফংদুনা লৈগনি । মমাঙদা মথং-মথং চৎলিবমখৈ মদু ওইরবদি মহাকপু কনামত্না তাকপগী মথৌ তাদে, মশা মতোমতা খঙগনি । মসি ৱাহৈ অসি অসিগুম্বনি, মসিনা মোক্ষ ফাওবা পুই।

অনিসুবা সুত্রা- 'অৱাবা নংলীবা মহাক্কী মরাল', মসিসু মোক্ষতা পুই । মসি ৱাহৈ অমমম মোক্ষতা পুই, মসিগী ঐহাক্কী গেরেন্টী ।

**ৱাহং-হংলিবা :** অহানবগী লিন, য়ুম্বি মথোং মসি অচৌবা থেংগায়নবগী খুদম পীরি, মতুংদা অকুপ্পা, খরা হেন্না কুপ্পা, য়াম্না কুপ্পা (খম থেংবা মনুং) মদুগী খুদম তক্কদ্রা, অকুপ্পা থেংগায়নবা করাম্না তৌবগে?

**দাদাশ্রী :** নহাক্কী ফাধরগা লোয়ন্না থোক্লিবা, মদু পুন্নমক অকুপ্পা থেংগায়নবনি ।

**ৱাহং-হংলিবা :** অকুপ্পা হায়বদি ৱাখলগী ? ৱাঙাংদগী ওইরবসু অকুপ্পাদা চৎপ্রা ?

**দাদাশ্রী :** মদুদি অচৌবনিদা । কনাগুম্বনা খঙদবা, উদবা পুন্নমক, মদু পুন্নমক অকুপ্পাদা চৎলি ।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু অকুপ্পা থেংগায়নবা করম তৌনা তোক্কনি ?

**দাদাশ্রী :** অহানবদা অচৌবা, মতুংদা অকুপ্পা, মতুংদা খরা হেন্না কুপ্পা অমসুং য়াম্না কুপ্পা থেংগায়নবা থিঙগদবনি ।

**ৱাহং-হংলিবা :** খরা হেন্না কুপ্পা থেংগায়নবা করম্ববু কৌবগে?

**দাদাশ্রী :** নহাক্না কনাগুম্বা অমবু ফুবা, অমসুং মসি ভাই অসিনা জ্ঞানদা ঊই 'ঐ অশেংবা আত্মানি, মসি ব্যবস্থিতনা ফুরিবনি' মদু পুম্বা ঊই

তৌইগুম্বসুং পুক্লিংদগী খজিক্তংফাও অরানবা য়েংলবদি, মদু খরা হেন্না কুপ্পা থেংগায়নবা ।

**ৱাহং-হংলিবা :** অমুক হন্না হায়বিয়ু, ফজনা খঙবা ঙমদ্রে ।

**দাদাশ্রী :** নহাক্না মী খুদিংগী অরানবা য়েংইদনা, মদু খরা হেন্না কুপ্পা থেংগায়নবা ।

**ৱাহং-হংলিবা :** হায়বদি মীওই অমগী অরানববু য়েংবা, মদু খরা হেন্না কুপ্পা থেংগায়নবা ।

**দাদাশ্রী :** অদুগুম্না নত্তে, মহাক্না লেপ্লবা মতুংদা মসি অতোপ্পাগী অরান্বা নত্তে অমসুং লেপ্লবা মতুংদসু উরবদি মদু খরা হেন্না কুপ্পা থেংগায়নবা। মরমদি মহাক 'অশেংবা আত্মানি' অমসুং অরানবদি তোঙাল্লি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরবদি মসি পুক্লিংগী থেংগায়নবা হায়বদুরা?

**দাদাশ্রী :** মদু পুক্লিংগী পুম্নমক অচৌবদা চনলে ।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরবদি অনিগী মরক্তা করি থেন্নবগে ?

**দাদাশ্রী :** মসিদি পুক্লিংগী মথক্কী ৱাফম্নি ।

**ৱাহং-হংলিবা :** হায়বদি মসি খরা হেন্না কুপ্পা থেংগায়নবনি, মসিগী মতমদা অকুপ্পা থেংগায়নবসু লোয়ন্না লৈদনা ?

**দাদাশ্রী :** মদু ঐখোয়না য়েংগদবা নত্তে । অকুপ্পা তোঙাল্লি অমসুং খরা হেন্না কুপ্পা তোঙাল্লি । য়াম্না কুপ্পা হায়বদি ইরোয়-লোয়বা।

**ৱাহং-হংলিবা :** নোংমা সতসঙ্গদা অসিগুম্না ৱারী শাখি মদুদি, চন্দুলালগা লোয়ন্না তন্ময়াকার (অমত্তা) ওইবা মদু য়াম্না কুপ্পা থেংগায়নবনি।

**দাদাশ্রী :** হোয়, য়াম্না কুপ্পা থেংগায়নবনি ! মদুবু থোকহল্লোয়দবনি। শোয়বদগী তন্ময়াকার (অমত্তা) ওইরবদি, মতুংদা খঙঙিদনা মদুদি, মসি অরানবা অসি তৌখ্রে ।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরবদি মসি থেংগায়নবা অসি থোক্তনবা উপায় অমত্তা ঙায়বা ওইনা প্রতিক্রমন অসি থক্তরা নত্রগা অতোপ্পা করি লৈবগে ?

**দাদাশ্রী :** অতোপ্পা খুলায় লৈতে । মসি ঐখোয়গী কলম ৯শিং, মসিসু প্রতিক্রমননি । অতোপ্পা খুলায় লৈতে । মসি মালেম অসিদা প্রতিক্রমন নত্তনা অতোপ্পা সাধন লৈতে, মসিনা খ্বাইদগী অৱাংবা সাধন। মরমদি জগৎ অতিক্রমনদগী ওইরিবনি ।

**ৱাহং-হংলিবা :** মসিদি অদুক্কি মতীক অঙকপনি । 'ওইরিবা অদুনি নিয়ায়', 'অৱাবা নংলীবা মহাক্কী মরাল' মসি ৱাহৈ পুন্নমকশিং অসি, মসি অঙকপা ৱাহৈ অমমমনি । অমসুং দাদাগী সাক্ষীদা প্রতিক্রমন তৌইদনা, মদু ওইরবদি মদুগী vibrationশিং অদু য়ৌই ।

**দাদাশ্রী :** হোয়, অচুম্বনি । vibration খুদক্তা য়ৌই অমসুং মদুগী মহৈ ফংই । ঐখোয়না থাজৈ মদুদি, মসিগী effect মঙোন্দা ফাওবা মাল্লি ।

**ৱাহং-হংলিবা :** দাদা, প্রতিক্রমনদি অদুক্কী মতীক য়াংনা তৌই, মদুগী মীৎকুপতুদা ! মসিদি অঙকপনি, দাদা ! মসি দাদাশ্রীগী কৃপা অসিদি অঙকপনি !!!

**দাদাশ্রী :** হোয়, মসি অঙকপনি । সাইন্টিফিক পোৎনি ।

**-জয় সচ্চিদানন্**

## Books of Dada Bhagwan

| | |
|---|---|
| 1.Adjust Everywhere<br>2.Ahimsa : Non-Violence<br>3.Anger<br>4.Aptavani-1<br>5.Aptavani-2<br>6.Aptavani-4<br>7.Aptavani-5<br>8.Aptavani-6<br>9.Aptavani-8<br>10.Aptavani-9<br>11.Autobiography of Gnani Purush A.M Patel<br>12.Avoid Clashes<br>13.Brahmacharya<br>14.Death : Before, During & After<br>15.Flawless Vision<br>16.Generation Gap<br>17.Harmony in Marriage<br>18.Life Without Conflict<br>19.Money<br>20.Noble Use of Money | 21.Pratikraman<br>22.Pure Love<br>23.Right Understanding to Help Others<br>24.Science of Karma<br>25.Science of Speech<br>26.Shree Simandhar Swami : The Living God<br>27.The Essence Of All Religion<br>28.The Fault Is Of The Sufferer<br>29.The Guru and The Disciple<br>30.The Hidden Meaning Of Truth & Untruth<br>31.The Practice Of Humanity<br>32.Trimantra : The mantra that removes all the worldly obstacles<br>33.Whatever Happened is Justice<br>34.Who Am I ?<br>35.Worries |

- Dada Bhagwan books are availables in different languages :Gujarati, Hindi, English, Marathi, Telegu, Kanada, Oriya, Malayali, Bengali, Punjabi, Assamese, Tamil, German, Spanish, Russian etc
- 'Dadavani' Magazine is published Every month in three Languages :Gujarati, Hindi, English.

Website : www.dadabhagwan.org

## Persons to Contact


**Dada Bhagwan Parivar**

**Adalaj** : Trimandir ,Simandhar City ,Ahmedabad-Kalol Highway
Po/Adalaj , Dist.: Gandhinagar-382421, Gujarat, India.
Tel : +91-9328661166/ 9328661177
Email :info@dadabhagwan.org

| | | | |
|---|---|---|---|
| **Mumbai:** | 9323528901 | **Delhi:** | 9810098564 |
| **Kolkata:** | 9830093230 | **Chennai:** | 9380159957 |
| **Jaipur:** | 9351408285 | **Patna:** | 7352723132 |
| **Bhopal:** | 9425024405 | **Amravati:** | 9422915064 |
| **Indore:** | 9039936173 | **Bangalore:** | 9590979099 |
| **Raipur:** | 9329644433 | **Hyderabad:** | 9989877786 |
| **Chandigarh:** | 9780732237 | **Pune:** | 9422660497 |
| **Kanpur** | 9452525981 | **Jalandhar**: | 9814063043 |
| **Bhubaneswar** | 8763073111 | **Sangli:** | 9423870798 |
| **Varanasi** | 9795228541 | | |

| | |
|---|---|
| **U.S.A:Dada Bhagwan Vignan Institute**<br>Tel:+1 877-505-DADA(3232)<br>Email: info@us.dadabhagwan.org | **U.K: Dada Darshan (UK)**<br>Tel: +44 330-111-DADA(3232)<br>Email: info@uk.dadabhagwan.org |
| **Germany** :+49 700 32327474<br>**UAE:**+97 1557316937<br>**Kenya:**+25 4722722063<br>**Dubai**: +971 501364530 | **Australia**:+61 421127947<br>**New Zealand**:+6421 0376434<br>**Singapore:** +65 81129229 |


*Scan this QR code using QR scanner app to download free manipuri language ebooks from dadabhagwan ebook store.*

**www.dadabhagwan.org**



## থেংগায়নবা থিঙবিয়ু!

অসিগুম্বা মসি লখী মথক্তা ঐথোয়না মিং-লাশিংনা চৎলিদনা। মতুংদা মাংদা লৈরিবা মীওই অদুনা ফৎত্রবদগী ফৎত্রবা ওইরবসু অমসুং ঐথোয়বু থেংগায়রবদি অমসুং অমাংবা অদুনা অত্তোপ্পা বাক্ষম অমা। তৌইগুম্বসুং ঐথোয়গী অমাংবা তৌলবগী অপামবা অদু লৈরোয়দবনি। ঐথোয়না মহাকপু অমাংবা তৌলবা তৌরবদি ঐথোয়গী অমাংবা ওইগনি। মরম অদুনা অনমবদা থেংগায়নবা থুদিংদা অনিমক্কী অমাংবা ওই। অদোম্মা মাংদা লৈরিবা অদুবু অৱাবা পিরবদি মদুগা লোয়নবা অদোমদা অৱাবা মশা মথন্তা, ওন থী মোমেন্ট ফঙদনদি তোক্লোই। মসি থেংগায়নবনি।

মরম অদুনা ঐহাক্না মসি থুদম অসি পিরিবনি মদুদি রোড মথক্তা ট্রাফিক্কী ধর্ম করিনো হায়বদা থেংগায়রবদি অদোম শিগনি। থেংগায়নবা অসি শিনিংঙাইনি। মরমদুনা কনাগুম্বা অমৎতগা থেংগায়নগনু। অসিগুম্বা মসি ব্যবহারগী থবক থৌরমশিংদসু থেংগায়নবা তৌগনু। থেংগায়নবা থিঙবিয়ু!

-দাদাশ্রী

ISBN 978-93-90664-55-9

Printed in India

Price ₹15

dadabhagwan.org